# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড অহুমশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজগোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোঁবা মণিপুরী অনুবাদ অমস্তুং নৈনরোল ষাওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড অহুমশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শ্রীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমস্তুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমস্তুং শীতলজিৎ-না কোণ্ডবা।

ফংকয—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

ইং ১৯৯০ কুম্‌জা মার্চ্চ

[ সত্ত পুস্থা তারুবনী ]

মমল লুপা ১৫

# আদি লীলা

## অহুমশুবা পরিচ্ছেদ

### মুল ১

শ্রীচৈতন্যপ্রভুং বন্দে যৎপাদাশ্রয়বীর্য্যতঃ ।
সংগৃহ্নাত্যাকরব্রাতাদজ্ঞঃ সিদ্ধান্তসন্মণীন ।। ১ ।।

### শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্যপ্রভুম—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদা , বন্দে- খুরুমজৈ , যৎ—মাগী , পাদ-আশ্রয়—খোঙথম্বান্দা চঙজবগী বীর্য্যতঃ- শক্তিনা , সং-গৃহ্নাতি—খোমজল্লী , আকর-ব্রাতাৎ—( শাস্ত্রগী মছক ওইবা ) খোং পুম্নমক্তগী অজ্ঞঃ—অপঙবা মীনা সিদ্ধান্ত—বাবোইগী , সৎ-মণীন—অথোইবা মণি পুন্না ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মখোঙ থম্বান্দা চঙজগী শক্তিনা অপঙবা খঙদবা মীসু শাস্ত্রগী মছক ওইবা খো শিংদগী অথোইবা মণিপুন্না খোমজনবা ঙম্মী, মদু ওন্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু এনা খুরুমজৈ ।

### নৈনবোল

পরিচ্ছেদ অসিদা অনর্পিত চরীং হাযবা শ্লোক অদুগী অর্থ তৌগ দৌরি । হাযবিবা শ্লোকসিগী অর্থ হনব, তাববদি অযাম্বা শাস্ত্র খঙদবা যাদে । কবিরাজ গোস্বামীনা দৈন্য লৈবা মী অমা ওইবনা মহাক্কী শাস্ত্র-জ্ঞান লৈতে হাযরি । অদুমকপু শ্রীচৈতন্যদেবগী শ্রীচরণ খাদা চঙজবগা অনর্পিত চরীং হাযবা শ্লোকসিগী অর্থ হন্নবা হোৎনগে হাযরী । শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী খোঙ-থম্বান্দা চঙজবগী প্রভাব অদু উৎকে হাযবন্নীদমক নৈনবি-বা শ্লোক শ্রীচৈতন্যপ্রভুং অসি পুশল্লক্লিবনী ।

আকব—খো়্। মফমসিদা মণিনাচি়্বা ফংঙা। ভ্রান্ত - পুন্না। আকব-ভ্রান্ত—( শাস্ত্রগী মহুক ওইবা ) খো়্-পুন্না। শ্লোক অসিদা শাস্ত্রবু খোংগা অতুগা সিদ্ধান্তবু মণিগা চাংদম্নবি। খো়্দা মণি লৈবত্নু থিবগা পুখোবকপগ্না শাস্ত্র অলোচনা তৌবগা মচি ওইবা সিদ্ধান্ত থিবা তাই। শাস্ত্র-আলোচনা তৌরগা ঙাক সিদ্ধান্ত পুখোকপা ঙম্মোই, অতুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী খুযা থম্বালদা চংজরগদি যাম্না লাযনা সিদ্ধান্ত খঙবা ঙমগনি।

## মুল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজরি, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু, জয়—খুরুমজবি, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবু, জয়—খুরুমজবি, অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যবু, জয়—খুরুমজরি, গৌরভক্তবৃন্দ—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্তশিংবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমজরি। শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজবি। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজবি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্ত পুম্নবু খুরুমজরি।

## মুল ৩

তৃতীয় শ্লোকের অর্থ কৈল বিবরণ।

চুতর্থ শ্লোকের অর্থ শুন ভক্তগণ ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

তৃতীয় – অহুমশুবা, শ্লোকের—শ্লোক্কী, অর্থ—মরোল, কৈল—তৌখবে, বিবরণ—শন্দোকপা, চতুর্থ—মরিশুবা, শ্লোকের—শ্লোক্কী, অর্থ—মরোল, শুন—( নাকোঙনা ) তাবিরো, ভক্তগণ—ভক্তশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুমশুবা শ্লোক্কী অর্থ শন্দোক্লা হনখবে। মরিশুবা শ্লোক্কী অর্থ তাবিরো হে ভক্তশিং।

## মুল ৪

অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণযাবতীর্ণঃ কলৌ
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম।
হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিতঃ।
সদা হৃদযকন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ ।। ৪ ।।

শব্দার্থ নচিংব। আদি লীলাগী অহানবা পরিচ্ছেদগী ৪ শুবা শ্লোক অদুদা য়েংবিসি।

## মুল ৫

পূর্ণ ভগবান কৃষ্ণ ব্রজেন্দ্রকুমার।
গোলোকে ব্রজের সহ নিত্য বিহার ।। ৫ ।।

## শব্দার্থ

পূর্ণ—মপুঙ-ফাবা, ভগবান পরমেশ্বর স্বযং ভগবান্, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, ব্রজেন্দ্রকুমার—ব্রজ-নিংথৌগী মপারি গোলোকে—গোলোকতা, ব্রজের—ব্রজগা, সহ—লোয়ননা, নিত্য—মতমপুম্বদা ওইবা, বিহার—লীলা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপুঙ-ফাবা স্বযং ভগবান ব্রজনিংথৌগী মপাবি শ্রীকৃষ্ণনা গোলোকধামদা ব্রজগী পরিকরগা (লোইনবশিংগা) লোয়ননা নিত্য-লীলা শান্নে।

## নৈনরোল

**ব্রজেন্দ্রকুমার**— ১/২/১০৯-গী টীকা য়েংবিসী। **গোলোক** পরব্যোমগী মথক্তা মনা লীশীঙ পানবা থম্বালগী মও মানবা ধাম অমা লৈ, মদুগী মিং **গোকুল** কৌযি। হাযরিবা থম্বালগী কর্ণিকাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী অচৌবা অন্তঃপুর লৈ। অন্তঃপুর অসিদা নন্দ-যশোদানচিংবগা অমসুং শ্রীরাধিকানচিংবা কান্তাশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা দাযাধিকার লৈবা প্রেম-তুঙফম ওইবা গোপশিংনা মথক্তা পন্থ্রিবা থম্বালদুগী কিঞ্জল্কগী মফমদা লৈ, অদুগা গোপসুন্দরীশিংনা লৈবা উপবনদি হাযরিবা থম্বাল অদুগী মনাগী মছক ওইবা মফমশিংদুনী। থম্বালগী

মণ্ড, মানবা গোকুলগী মপাঙ্গংবা শরক্তা গোকুলথক্কী আবরণ ( কূপশনবা ) ওইনা কোণ-মরি নাইবা লমদম ধাম অমা লৈ, মদুগী মিংনা **শ্বেতদ্বীপ** কৌয়ি। হায়রিবা থম্বালসিগী মনা পুন্নমক্কী মতোনশিংদু মথক্তা হাইগৎলী। মনাগী তাইনফম মরু অদুদা লম্বী লৈ অদুগা মাণ্ডথংবগী তাইনফম ( সন্ধি ) পুন্বদা গোষ্ঠ (শঙ্গেনবুঙ) লৈ। থম্বাল মপুমদুগী মিং **গোকুল** নী। কোণ-মরি-নাইবা মফম পুন্না অদুবু শ্বেতদীপ কৌদে, মপান্থংবা অকোযবা লমদুবুদা শ্বেত দ্বীপ কৌযি, অদুগা **গোলোক** সু কৌযি, অদুগা মনুঙ-থংবা লমদমন **বৃন্দাবন** কৌযি। মনা লীশীঙ পানবা থম্বালগী মণ্ডং মানবা গোকুলগী মনা মানবা লমদমশিং, গোপসুন্দরীশিংগী উপবন পুন্ববু **কেলি বৃন্দাবন** কৌযি। অদুনদি মযাযদা থম্বাল মণ্ডংগী গোকুল, গোকুলগী অবোইবা ণমথৈদা লৈবা উপবনশিংগী মমিংনা কেলি বৃন্দাবন, গোকুলগী মপানগী মাযকৈ মবিমক্তা বৃন্দাবন অদুগা বৃন্দাবনগী মপান অকোযবা মাযকৈ মরিদা শ্বেতদ্বীপ হাযবদি গোলোক লৈ। গোকুলবু ব্রজ সু কৌযি।

গোলোক-তগী গোকুলগী মহিমানা হেল্লী হাযদুনা গোলোকপু গোকুলগী বৈভবনী হাযনবসু যাওযি।

অমবু ওইববসু অনবু ওইববসু বৃন্দাবন, শ্বেতদীপ অমসুং গোকুলগী সীম তোঙাল তোংল্লী হাযববসু কনা কনাগুম্না মিং অহুমসিনা শ্রীগো-কুলবু অদুম খঙনে। নৈনরিনা শ্লোকসিদা গোলোক শব্দসি গোকুলগী অর্থদা শীজনবি। নত্রগা মফমসিদা গোলোক শব্দসিনা গোলোক বৃন্দাবন গোকুল অহুম্বু খঙহল্লী হায়বসু যাই, মরমদি অপ্রকট ( ফোঙদোক্তবা ) লীলাদা ব্রজনিংথৌ মপারিনা ধাম অহুমসিমক্তা লীলা শানৈ। শন (গো) অদুগা গোপগী লৈফম্নী হাযদুনা মফম অহুমসিবু গোলোক কৌনা যাই। শ্রীবৃন্দাবনগী অপ্রকট-লীলাগী অন্তর্গত ( তুং-ইনবা ) প্রকাশবু ( ফোঙদোকপবু ) গোলোক কৌযি হাযনা শ্রীকৃষ্ণসন্দর্ভনা হায়রি।

**গোলোকে**—গোকুলদা, নত্রগা গোলোক-তা বৃন্দাবন দা অমসুং গোকুলদা। **ব্রজের সহিত**—ব্রজপরিকরশিংগা লোযননা। মফম-সিদা ব্রজ-শব্দগী পারিভাষিক অর্থ (গোকুল) হাযবদু লৌরবদি গোলোক-কা ব্রজগা অনীসি অর্থ অমতগী শব্দ ওইরে, মরমদুনা ব্রজ-গী অর্থ ব্রজপরিকর হায়না লৌবনী।

**নিত্য বিহার**—নিত্য লীলা তৌযি। মতম্না হৌবদগী ওইরক্রিবা

লীলা অদুগা লোই-থম্বা-নাইদবা মতমগীদমক লীলাতু অদুম ওইছুনা লৈগদৌবা লীলাছু, হায়বদি মঙোন্দগী হানবা লৈতবা, লোইবসু নাইদবা মতুবু নিত্য-লীলা কৌযি। লীলা হাযবসি শান্নবা মতমদা পবিকর চঙঙী, মবমতুনা লীলান। নিত্য ওইববদি শ্রীকৃষ্ণগী পবিকরশিংসু নিত্যনী ( মতম পূম্নগীনী )। নিত্যলীলাসিগী পবিকরশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিনা ওইবা বিলাসনী (ফোঙবনী), মখোয়সিসু শ্রীকৃষ্ণগুম্না অনাদিনী। নিত্যপবিকব পূম্বসিগা ( ব্রজগা ) লোযননা শ্রীকৃষ্ণনা অনাদিকালদগী গোলোকতা নিত্যলীলা তৌছুনা লৈরিবনী।

## মূল ৬

ব্রহ্মার একদিনে তেঁহো একবাব।
অবতীর্ণ হয্যা কবেন প্রকট বিহাব ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

ব্রহ্মাব—ব্রহ্মাগী, একদিনে—নোংমগী মনুঙদা, তেঁহো—মহাক, একবাব—অমুকুথক, অবতীর্ণ—নোংগুম্বা, হয্যা—ওইছুনা, কবেন—তৌযি, প্রকট—অফোঙবা, বিহার—লীলা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাগী নোংমগী মনুঙদা মহাক ( স্বয়ং ভগবান ব্রজেন্দ্রনন্দন ) অমুকথক (প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা) অবতাব তৌবগা অফোঙবা ( প্রকট ) লীলা তৌযি।

## নৈনরোল

অফোঙবা ( প্রকট ) অদুগা ফোঙদবা ( অপ্রকট ) হায়না লীলা মথল অনী লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা শীঙলাক-ঙমদবা প্রকাশ পুথোক্কুনা শীঙলাক-ঙমদবা লীলা শান্নতুনা লৈরিবনী, করিগুম্বা মতমদা পবিকরশিংগা লোযননা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা পোকপনচিংবা লীলা শন্দোকযি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শক্তিনা পরিকরশিংদা মতমচুগী লীলাগী যুৎ চাবা ভাব পোকহল্লী। মতৌ অসুম্না প্রাকৃত জগৎতা লালা শন্দোকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা তৌবিতুনা জগৎকী জীবশিংদা শক্তি অমা পীবি, শক্তিচুগী মপান্না অবতাব তৌরক্লিবা মহাকপু মহাক্কী পবিকরশিংবু অমসুং মহাক্কী লীলাবু মাযাবদ্ধ জীবশিংনা উবা ফংজৈ। অসুমা প্রপঞ্চগী জীবশিংনা উবা ফংবা লীলাবু

অফোঙবা ( প্রকট ) লীলা কৌখি অদুগা জীবশিংসিনা উবা ফংদবা লীলাবু ফোঙদবা ( অপ্রকট ) লীলা কৌয়ি।

## মূল ৭

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি,—চারি যুগ জানি।
সেই চারিযুগে 'দিব্য একযুগ' মানি ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

সত্য—সত্য , ত্রেতা—ত্রেতা , দ্বাপর—দ্বাপর , কলি—কলি , চারি—মরি যুগ—চক , জানি—ঐখোযনা খঙনৈ , সেই—মতু , চারিযুগে—যুগ মরিনা , দিব্য—লাইগী , এক—অমা , যুগ—যুগ , মানি—ঐখোযনা লৌযি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি হায়দুনা যুগ মরি লৈ হায়বা ঐখোয়না খঙঙী। যুগ মরিসিনা লাইগী যুগ অমনি হায়না ঐখোযনা লৌয়ি।

## মূল ৮

একাত্তর চতুর্যুগে এক মন্বন্তর।
চৌদ্দ মন্বন্তর ব্রহ্মার দিবস ভিতর ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

একাত্তর—হুম্ফুতরামাথোই , চতুর্যুগে—যুগ মরিগী মপুম হাযবদি দিব্যযুগনা , এক—অমা , মন্বন্তর—মনু অমগী মতম , চৌদ্দ—তরামরি , মন্বন্তর—মনু অমগী মতম , ব্রহ্মার—ব্রহ্মাগী , দিবস—নুমিৎ , ভিতর মনূঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দিব্যযুগ হুম্ফুতারামাথোইনা মন্বন্তর অমনী। ব্রহ্মাগী নোংমদা মন্বন্তর তরামরিনী।

### তৈনবরোল

ব্রহ্মাগী নোংমা হায়বদু কয়া শাংবগে হায়বা তাক্লি। সত্য, ত্রেতা,

দ্বাপর অদুগা কলি—যুগ মরিসিগী পুল্লপ্-পুন্‌বা মতম্ দিব্যযুগ কৌয়ি। দিব্যযুগ হুম্ফু্ তরামাথোইন মন্বন্তর অমনী। অদু ওইরবদি মন্বন্তর অমদা সত্যযুগ ৭১, ত্রেতাযুগ ৭১, দ্বাপর যুগ ৭১, কলিযুগ ৭১ যাওরি। চতুর্যুগ ৭১ চুপ্পা মনু অমমম্গী অধিকার লৈ। মনু অমগী অধিকারগী মতম্ মন্বন্তর কৌয়ি। অসিগুম্বা মন্বন্তর তরামরিনা ব্রহ্মাগী নোংমা ওই। মদু ওইরবদি ব্রহ্মাগী নোংমগী মনুগুদা সত্যযুগ ৯৯৪, ত্রেতাযুগ ৯৯৪, দ্বাপর যুগ ৯৯৪ অমসুং কলিযুগ ৯৯৪ কৈবে। মীওইবগী চহীগী মচাগুদা সত্যযুগগী চহী ১৭২৮০০০-নী, ত্রেতাগীনা ১২৯৬০০০ নী, দ্বাপরগীনা ৮৬৪০০০ নী অদুগা কলিগীনা ৪৩২০০০ নী। অদুনা দিব্যযুগ অমগী মতমদি মীওইবগী চাংদা চহী ৪৩২০০০০-নী। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাগী নোংমদা মীওইবগী চাংদা চহী ৪২৯৪০৮,০০০০-নী। ব্রহ্মাগী নোংমবু কল্প কৌযি। অসিগুম্বা নুমীৎ ৩০-না হায়বদি কল্প ৩০-না ব্রহ্মাগী থা অমনী, অসিগুম্বা থা ১২-না ব্রহ্মাগী চহী অমনী। মচাগু অসিগী চহী চামনা ব্রহ্মাগী পুন্সিনী (আয়ুস্কাল-নী)।

## মূল ৯

বৈবস্বত নাম এই সপ্তম মন্বন্তর।
সাতাইশ চতুর্যুগ তাহার অন্তর ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

বৈবস্বত নাম—বৈবস্বত কৌয়ি, এই—অসি, সপ্তম—তরেৎশুবা, মন্বন্তর—মনুগী মতম, সাতাইশ—কুন্তরেৎ, চতুর্যুগ—যুগ মরিগী মপুম, তাহার—মদুগী, অন্তর—মনুগুদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক ওইরিবা তরেৎশুবা মনুগী মিং বৈবস্বত (বিবস্বান্‌গী মচানুপা) কৌযি। মহাক্কী পুন্সিগী চতুর্যুগ (দিব্যযুগ) কুন্তরেৎ (২৭ × ৪৩-২০০০০ সৌরবর্ষ) হৌজিক হৌখরে।

## তৈনবরোল

কল্প খুদিংদা (ব্রহ্মাগী নুমীৎ খুদিংদা) ব্রহ্মাগী মচানুপা তরামরিবু মনু হায়না খঙনৈ। মখোয খুদিংমক প্রজাপতি (প্রজাগী মপুনী) অদুগা

ধর্ম্মশাস্ত্র-তাকপা মীনী। মন্নু তরামরিগী মমিং :— (১) স্বায়ম্ভুব, (২) স্বারোচিষ, (৩) উত্তম, (৪) তামস, (৫) রৈবত, (৬) চাক্ষুষ; (৭) বৈবস্বত, (৮) সাবর্ণি, (৯) দক্ষসাবর্ণি, (১০) ব্রহ্ম-সাবর্ণি, (১১) ধর্ম্মসাবর্ণি, (১২) রুদ্রসাবর্ণি, (১৩) দেবসাবর্ণি, (১৪) ইন্দ্রসাবর্ণি (ভৌত্যক)। হৌজিক তরেৎশুবা বৈবস্বত মন্নুনা পাল্লি। অতুনা মন্বন্তরসিগী মমীং **বৈবস্বত মন্বন্তর** কৌরিবনি।

## মূল ১০

অষ্টাবিংশ চতুর্যুগে দ্বাপরের শেষে।
ব্রজের সহিতে হয় কৃষ্ণের প্রকাশে ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

অষ্টাবিংশ—২৮ শুবা, চতুর্যুগে—চতুর্যুগদা, দ্বাপরের—দ্বাপরনী, শেষে—মমৈদা, ব্রজের সহিতে—ব্রজধামগা লোয়নননা, হয়—ওই, কৃষ্ণের প্রকাশে—কৃষ্ণগী আবির্ভাব (ফোঙবা)।

## নৈনরোল

পযারসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরকপা মতমগী বা হাযবি। হৌজিক চৎলিবা বৈবস্বত মন্বন্তরগী অহানবা চতুর্যুগ ২৭ হৌশ্রবা মতুঙদা, কুন্নিপাল শুবা চতুর্যুগগী সত্যগা ত্রেতাগগী মতুঙদা দ্বাপরগী মমৈদা স্বয়ং ভগবান ব্রজনিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌখি। মহাক্না অবতার তৌবরুবগী-দমক মহাক্কী লীলা শান্নফম ব্রজধাম অহুগা মহাক্কী পরিকরশিংস্কু অবতার হান্না তৌখি। মহাক্না প্রকট ওইবগী নিয়মদি অসিনী—অহানবদা মাগী ধাম ফোঙদোকযি, অতুদগী পলেম-পম্বোনচিংবা গুরুজন ওইবা পরিকরশিং ফোঙলকযি অতুগী মতুঙদা জন্মনচিংবা লীলাগা লোয়নননা মহামক প্রকট ওই। মতৌ অস্মা ব্রহ্মাগী নোংমদা হায়রবদি মীওইবগী মচাঙগী চহী ৪২৯৪০৮০০০০ দা (বিষ্ণুপুরাণগী মতুঙ ইন্না ৪৩২০০০,০০০ চহী শুবদা) শ্রীকৃষ্ণনা অমূকথক ব্রহ্মাণ্ড অমদা অবতার তৌদুনা লীলা শন্দোকয়ি।

## মূল ১১

দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, শৃঙ্গার—চারি রস।
চারি ভাবের ভক্ত যত কৃষ্ণ তার বশ ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

দাস্য—নাইওইবা, সখ্য—মরূপ ওইবা, বাৎসল্য—মমা মপানা

## মূল ১৩

যথেচ্ছ বিহরি কৃষ্ণ করে অন্তর্ধান ।
অন্তর্ধান করি মনে করে অনুমান ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

যথেচ্ছ—মহাক্লা অপান্বা অতুমক , বিহরি—লীলা শান্নরগা , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা , করে—তৌযি , অন্তর্ধান—থুপ্পা , অন্তর্ধান—থুপ্পা , করি—তৌরগা , মনে—পুক্নুংদা , করে—তৌয়ি , অনুমান—খনবা , (অনুমান করে—খল্লী) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী নীংডবা পেন্না শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নবগা ( বিহাব তৌরগা ) থুপ খি । থুপ খ্রগা পুক্নীংদা খনখি ।

## নৈনরোল

ফোঙদবা গোকুলতুমক্কী প্রকাশ অমা মাযিক ব্রহ্মাণ্ডদা তাইব, মীনা উননবা তৌরক্পতুবু অফোঙবা প্রকাশ কৌযি । শ্রীকৃষ্ণনা মায়িক ব্রহ্মাণ্ডদা লীলা ফো না শান্নরবা মতমদস্তু ফোঙদবা গোকুল-দা স্বরূপ অমতদা নিত্যপরিকরশিংগা লোয়ননা লীলা শান্নে । পরিকরশিংগী স্বরূপ অমমম ফোঙদবা গোকুলদা লে, অতুগা অফোঙবা ব্রজদা স্বরূপ অমমম লৈ । অফোঙবা ব্রজগী পরিকরশিংগা ফোঙদবা গোকুলদা লৈবা পরিকরশিংগা পুন্সন্নববু অফোঙবা ( প্রকট ) লীলাগী অন্তর্ধান ( থুপ্পা ) কৌযি । থোদোক্সিবু অচম্বা লোন্দাদা হাযনৈ—শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট-লীলা অন্তর্ধান তৌশন্দুনা পরিকরশিংগা লোযননা গোলোক-তা লেঙডী । লীলা-অন্তর্ধানগী মতুংদা গোলোক-তা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণনা মখাগী পযারদা হাযবসিগুম্না রাখল খনখি ।

## মূল ১৪

চিরকাল নাহি করি প্রেমভক্তি দান ।
ভক্তি বিনা জগতের নাহি অবস্থান ॥ ১৪ ॥

## শব্দার্থ

চিরকাল—মতম য়াম্না কুইনা ( মমাঙগী কল্পগী গৌব-অবতারগী

মতূওদগী হৌজিক চৎলিবা কল্পগী দ্বাপর ফাওবা ), নাহি করি—তৌদ্রে, প্রেমভক্তি—নুংশিনা নীঙবা, দান—পীবা, ভক্তি—সেবা, বিনা—নত্তনা, জগতের—জগৎকী, নাহি—নত্তে, অবস্থান—লৈবা, ( নাহি অবস্থান—লৈবা য়াররোই )।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মতম য়াম্না কুইনা প্রেমভক্তি পীরক্ত্রে। ভক্তি নত্তনদি জগৎ লৈবা যাররোই )।

## নৈনরোল

হৌজিক চৎলিবা কল্পগী মমাঙদা হৌখিবা কল্পগী বৈবস্বত মন্বন্তরদস্মু শ্রীগৌরাঙ্গনা অবতার তৌরগা প্রেমভক্তি দান তৌথি, অদুবু জীবগী মরাযবক থীবনা প্রেমভক্তিদু অস্সুম অস্সুম মাঙখরে। অদুননী মতম কুইনা প্রেমভক্তি পীরক্ত্রে হায়রিবা।

প্রেমভক্তি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবদগী নীঙবা হাযবদি সেবা তৌবা হাযবনী। শ্রীকৃষ্ণবু ঐগীনী হাযনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তা নীঙবা হাযবদি ভক্তি তৌবা অদু শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম হাপ্পগদা ওইগদবনী। ভক্তগী লন্নাই-নুংঙাইবা থিবা লৈতনা মাগীদমক্তা মাবু ভক্তনা নীঙগদবনী।

জগৎতা লৈবিবা জীবশিংনা পোক্ল-শিব হঞ্জন হঞ্জন তৌবিবসে শ্রীকৃষ্ণদা প্রেমভক্তি তৌদবা নরম্ননী। ভক্তিগী মতেঙতনা জীবনা নিত্য ভগবদ্ধামদা লৈতানা লৈবা ঙমগনী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম-সেবা ফংবা ঙমগনী।

## মূল ১৫

সকল জগতে মোরে করে বিধি-ভক্তি।
বিধি-ভক্ত্যে ব্রজভাব পাইতে নাহি শক্তি ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

সকল—পুম্নমক, জগতে—জগৎনা, মোরে—ঐবু, করে—তৌযি। বিধি-ভক্তি—শাস্ত্রগী য়ায়েল মতূঙ ইন্না তৌবা ভক্তি, বিধি-ভক্ত্যে—বিধি-ভক্তিনা, ব্রজভাব—ব্রজদা লৈবা মাধুর্য্যগী ওইবা পুকচেল, পাইতে—ফংননবা, নাহি—লৈতে, শক্তি—পাঙ্গল।

মচাবু মুংশিবা, শৃঙ্গার—নুপা-নুপী মুংশিনবা, চারি—মরি, রস—রস ( মুংশিবগী মিহৌনভাব মতাঙ ), চারি—মরি, ভাবের—রাখলগী, ভক্ত—কৃষ্ণবু নীঙবা মী, যত—লৈরিবা কয়াদো, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, তাব—মাগী ( মকমসিদা মখোযগী ), বশ—মথা পোল্লী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

নাই-ওইবা ( দাস্য ), মরূপ ওইবা ( সখ্য ), মমা মপানা মুংশিবা ( বাৎসল্য ), নুপা-নুপী মুংশিনবা ( শৃঙ্গার ), মুংশিবা (রস) মথল মরিনী। মথল ( ভাব ) মরিগী লৈবিবা ভক্তশিং মখোয়সিগী (মহাক) মথা পোল্লী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা বুন্নক্পগী মরম অদু পযাবসিদা হায়বা হৌরি। ঐশ্বর্য্যগী ( তৌবা ঙম্বা মতীক মযাইগী ) জ্ঞান যাওদবা তশেংবা মাধুর্য্য ( মধুর ওইবগী ) ভাব চেনবা ভক্তশিংনা মাবু নুংশিবগী থুন্বা শক্তক ( প্রেম মাধুর্য্য ) অদু চুপ্পবগীদমক ব সক মকোক শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্বদা খোযরাওঙী। খোযবাঙবসি কোক্লনবা তৌবনা মাগী লীলাশিংগী মরু ওইবা মবম্নী। অসিংন্বা ঐশ্বর্য্য যাওদবা মাধুর্য্যগীদা ওইবা লীলাদি ব্রজদদা শান্নে, অতৈ মফমদা শান্নদে। লীলা অসি পাঙথোক্লবা হাযদুনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অমসুং স্বরূপশক্তিনা মতম্না হৌদোকপদগী মহাক্কী মনাই ( দাস ) মরূপ ( সখা ), মমা-মপা ( মাতা পিতা ) অদুগা নুংশিবী নুপী ( কান্তা ) ওংনা প্রকট ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু বস মাধুর্য্যগী মহাও তংহন্নী। অনাদিসিদ্ধ ( অনাদি কালদগী ওইদুনা লাক্লবা ) লীলা-পবিকবশিংসিগী মতুঙ ইন্দুনা ( অনুগত ওইদুনা ) সাধনসিদ্ধ ( সাধন তৌরগা সিদ্ধ ওইবা ) ভক্তশিংসু শ্রীকৃষ্ণবু লীলারস আস্বাদন তৌহন্নবা শীনবদা যাওযি। দাস সখানচিংবা পবিকবশিং পূন্নমক্কী শ্রীকৃষ্ণদা মমতা (ঐগীনী হাযবা) বুদ্ধিদু লৈ। তৌবগীবুদি দাস দগী সখাদা, সখাদগী পিতামাতাদা, অদুগা পিতামাতাদগী কান্তাশিংদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মমতা-বুদ্ধি লৈবা হেল্লী। মমতাবুদ্ধিসিগী অহেনবা মতুঙ ইন্না পরিকবশিংগী প্রেমগী মাধুর্য্যসু হেঙ্গৎলী। দাস ভক্তশিংগী ভাব অদুবু দাস্য নত্রগা দাসরতি, সখাশিংগীনা সখ্য রতি, পিতামাতাগীনা বাৎসল্য রতি অদুগা কান্তাশিংগী ভাব-পু কান্তারতি নত্রগা শৃঙ্গাবরতি কৌযি। মছানা হাউদুনা লৈজরবা শঙ্গোমদা অফস্বা চিনিনচিংবা হাপচল্লগা মহাও মথল মথলগী অঙকপা পোকপগুম্বা বিভাব-অনুভাবনচিংবগা

তিন্নবগা দাস্যনচিংবা রতি মরিসিংসু হায়নঙাই লৈতনা মাধুর্য্যনা থল্লবা রস মবি ওইরক্ংয়ি। রস মরিসিংগী মিংদি দাস্যরস, সখ্যরস, বাৎসল্যরস, অমসুং শৃঙ্গার রস নত্রগা মধুর রস কৌয়ি। রস মরিসিংগী মাধুর্য্যদু কযামুক কনবগে হায়ববু শ্রীকৃষ্ণনা আত্মারাম (মথন্তনা নুংঙাইঙম্বা) ওইনা ওইনমক রসশিংসি চুপ্পবগী খোয়রাঙউ। হায়রিবা ভাবকী ভক্তশিংগী সঙ্গ নত্তনদি হায়রিবা রস চুপ্পদু ওইরোই হায়দুনা অদুগা মখোযসিত্তা রস আস্বাদন তৌহন্নী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা স্বতন্ত্র (মনীঙ তম্বা) ভগবান ওইনমক ভাব মরিসিংগী ভক্তশিংগী মপুঙফানা এথা পোল্লী। মরমসিনা, মহাক্না লীলা শান্নবীঙলক্পা মতমদা ভক্ত মথল মবিসিবু পুদুনা শান্নি। মখোযসি নিত্য পরিকর (মতম পুম্বদা লোইনরিবা) ওয়্রী। মাযিক জগত্তা অবতার তৌবা মতমদসু ভক্ত মথল মবিসিগা লোযননা মহাক্না অবতার তৌযি। অদুগা মখোযগী প্রেমদা লুপ্তুনা মখোযগা লোযননা অঙক-অঙকপা লীলা শান্নি।

শ্রীকৃষ্ণগী দাস্যভাবকী ভক্তদি রক্তক-পত্রকনচিংবনী, মখোযসি নন্দ-নিংথৌগী মনাইনী। মাগী সখাশিংনা হায়বদি সখ্যভাবকী ভক্তশিংদি সুবল মধুমঙ্গলনচিংবনী। মমা মপানা মাগী বাৎসল্য-ভাবকী ভক্তনী, নন্দ-মহারাজনা শ্রীকৃষ্ণগী মপানী অদুগা যশোদানা মমানী। মধুর (শৃঙ্গার) ভাবকী ভক্ত মাগী কান্তা (তালোই) শিংদুনী, শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজ-রমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা কান্তা ওইবগী ভাব পুজে।

## মূল ১২

দাস-সখা-পিতা-মাতা-কান্তাগণ লয়্যা।
ব্রজে ক্রীড়া করে কৃষ্ণ প্রেমাবিষ্ট হয়্যা॥ ১২॥

## শব্দার্থ

দাস—মনাইশিং, সখা—মরূপশিং পিতা-মাতা—মপা অমসুং মমা, কান্তাগণ—তালোইশিং, লয়্যা—লোযননা, ব্রজে—অফোঙবা (প্রকট) বৃন্দাবন-দা, ক্রীড়া করে—শান্নি, কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা, প্রেম-আবিষ্ট—নুংশিবদা লুপ্পা, হয়্যা—ওইদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী ভক্তশিং—মনাই, মরূপ, মপা-মমা অমদি তালোই-শিংগা লোয়ননা মখোয়গী প্রেমদা লুপ্তুনা প্রকট ব্রজদা লীলা শান্নি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

জগৎ-পূজ্যদা ঐবু শাস্ত্রগী বা মতুঙ ইন্নদা ভক্তি তৌগি হায়বদি পূজা তৌযি। অদুগুম্বা বিধিভক্তিনদি ব্রজদা লৈবা ভক্তশিংগী ভাব (পূকাচল) অদু ফংবা ঙমদে।

## তৈনবরোল

শাস্ত্রদা হায়বি—ভক্তিগী লম্বী চত্রবদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম চৎলবস্থ জীবনা নরক তাদুনা অবাবা ফগুগী। শাস্ত্রগী বাদি নাকোঙনা তারগা নরক তাগনী হায়বা কিবদগী ভক্তিগী লম্বী চৎপা মীতাগী লাইনীঙবু বিধিভক্তি কৌযি। মসিগুম্বা ভজন-দদি থব্রাই যাওনা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌদে।

বিধিভক্তি চৎপনদি ব্রজভাব হায়বস্তুদি ফংবা যাদে। ব্রজগী দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা ভাব মরিসিগী ভাব খুদিংবু ব্রজভাব হায়বনী। ব্রজ নত্তুনা অতোপ্পা ধাম অমদা ব্রজভাব হায়বসি উদে। ভাব মরিসিগী পরিকরশিংগী মপুক্কুদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান (ঈশ্বরনী হায়না খঙবা) লৈতে। শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী মচানী হায়না খঞ্জে অসুম্না খমবনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌযি। মখোয়না তৌরিবা সেবাসিদা মখোয় মখোয়গী লন্নাই মুংঙাইনবগী বাখল চঙদে। ব্রজ পরিকর শিংসিগী তুং ইন্দুনা জীবনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম-সেবা (মুংশিবগী তৌবা সেবা) ফংবা যাই।

শ্রীকৃষ্ণনা গৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌবগী মরমদি প্রেম-ভক্তি তাক-পীগে হায়বগীদমক্কী।

## মূল ১৬

ঐশ্বর্য্যজ্ঞানেতে সব জগৎ মিশ্রিত।
ঐশ্বর্য্য-শিথিল-প্রেমে নাহি মোর প্রীত ॥ ১৬ ॥

## শব্দার্থ

ঐশ্বর্য্য—ঈশ্বরগী ভাব ঐশ্বর্য্য জ্ঞানেতে—ঐখোয়গী রাখম্না লাম্বদা ফংজবা শক্তি ঈশ্বরদা লৈ হায়বা জ্ঞান অদুনা, সব জগৎ—জগৎকী মী পুম্নমক, মিশ্রিত—য়াম্নৈ, ঐশ্বর্য্য-শিথিল-প্রেমে—ঐশ্বর্য্যনা শোত্থহল্লবা হায়রবদি কোম্থোকহল্লবা মত্তুঙশিদা, নাহি—লৈতে, মোর—ঐগী, প্রীত—অপাম্বা (পেনবা)।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ঐগী ঈশ্বর্য্য শক্তি খঙতুনা জগৎ পূম্বনা ঐবু ভক্তি তৌযি। ঐশ্বর্য্যনা কোমথোকহল্লব। প্রেম অতুনা ঐবু চিংবা ঙমদে।

## নৈনরোল

জীবশিংনা কর্ম্মফল (তৌজমল) ফংগনী হাযবগীদমক কি। মথোযনা খঙবদি ঈশ্বরসিনা জাবগী কর্ম্মফল পী হাযবসিতনী। পাপ তৌরগা নরক্তা তাবা হায়বা নিযমসে ঈশ্বরনা শীনবনী, পুণ্য কর্ম্মগা (অফবা থবক্তী) দমক স্বর্গনচিংবা ফুংঙাইবা ফংনব। নিযমসু ঈশ্বরনা শেম্নী, স্বর্গগী সুখ ফংবগী মিযাদ লোইরগা অমূক সংসারসিদা লাক্কদবনী হাযবগী রাস্থ ঈশ্বরনা লেপ্পনী। মহাক্তী ঐশ্বর্য্যগী শক্তিনা নিযম মযামসি চংনহন্নবস্থ মহাক ঙম্মী। জীবশিংনা অসিমসু খঙঙী—জীবশিংবু মথোযগী কর্ম্মফলদগী লাম্থোক পিবসু ঈশ্বরদি ঙম্মী, অতৈ কনামতনা ঙম্মোই। মবমতুনা মথোযনা ঈশ্বরগী শক্তি অতুদদা পূক্কীঙ চঙতুনা কর্ম্মফলদগী ঙাকপিনবা হাযজবগা ঈশ্বরবু লাংলী। মসি জীবনা ঐশ্বর্য্যদবু খঙবতনা তৌবা বিধিভক্তিগী মবম্নী।

কৃষ্ণবু মপূঙ ফানা করিমতা রাৎপা লৈতবা মওংদা ফুংঙাইহনগে নীঙবগী মমিংবু প্রেম কৌয়ি। ইছামক্তী মী নত্তবা অমবু মপূঙফানা ফুং-ঙাইহনগে নীঙবদি মতম পূম্নদা নীঙবা ঙমদে, মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণবু ইছামক্তী মীনী হায়না থন্‌বা ঙমদ্রবদি প্রেম পোক্‌পা যারোই। মপূঙফানা ফুংঙাই-হন্নীঙবগী মতাঙদা হঙ্গোইবা নত্রগা কিবা হায়বহু চঙবা যাদে। মরমদি মপূঙফানদ ফুংঙাইহনবা হায়বসে থৱাই পূম্বা হৈজন্দুনা তৌবা সেবাদনা যাগদবনী। অতুগা হঙ্গাইবা নত্রগা অকিবা লৈরবা মফমদদি থৱাই পূক্কীঙ লোইনা হৈজন্দুনা সেবা তৌবা যাদে অতুনা মফমহুদা পেলহম্নীঙবা হাযবহু হন্দোরকযি, প্রেমসু হুমিংন। ময়ূম চঙখিবগুম মাঙখি। শ্রীকৃষ্ণদি স্বযং ভগবান্নী, ঙমখৈ নাইত্রবা ঐশ্বর্য্যগী মপুনী, শীঙলাক্‌ঙমদবমখৈ লৈবিবা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী হর্ত্তা-কর্ত্তা বিধাতানী অতুগা জীবদি পীকখ্রব। ব্রহ্মাণ্ডগী যাম্না পীক্‌পা পোৎনী, মাগা শক্তি করিসু লৈজদে, মছাবু কনজন্নবা শক্তি ফাওবা লৈতে। জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নরিবসি কযা-দনে। খেন্নরিবসি জীবন অসুম খঙহুনা লেরবদি ভগবানবু ফুংঙাইহনগে হাযনা জীবনা নীঙব হায়ন্দি বাসনা থম্বা ঙম্মরোই। করিগুম্বা বাসনা পোক্লবসু ভগবানগী ঐশ্বর্য্য ময়ামতুগী বা নীঙশংলকপদদা বাসনাহু মাঙ-খিগনী। জীবতুনা মছাবু তৌবা ঙম্মল্লীদা হাযতুনা হঙ্গোইরকয়ি অমসুং

কিরকয়ি। হন্থবা, যামদ্রবদা ম্যাল্লবা মীবু সেবা তৌবদি নীঙতম্না তৌবা যাই। শীঙলাক ঙমদবা গুণ চেন্দুনা ঐঙোন্দগী হীবম পুম্নমক্তা হেনগ্রবা মীবু ইনীঙ তম্না সেবা তৌরগা পেলহন-ঙন্বগী বাসনাদি মতম পুম্বদা ঐগী থম্মোইদা থম্না ঙম্মোই। মরমসিনা হাযবিবনী, ভগবানগী ঐশ্বর্য্য থল্লুরগদি প্রেম হাযবা কিশিদো শিথিল ওইরকয়ি (কোমথোরকযি।। লল্লেতবা সুদামানা দ্বারকাদা কৃষ্ণগী কোন্নুং, নিংথৌগী এশ্বর্য্য উকবদা মহাক্না পুবকপা চেংপাক খুজোক অমথক্তো পীজবগী থৌনা মাঙখ্রে হাযবদি ঐশ্বয্য উবদগী কৃষ্ণবু তৌরম্বা প্রীতিত্তু শিথিল ওইখ্রে। থবাই পূর্বীঙ লোই নমক হৈজল্লবা নীঙতম সেবা নত্তনদি শ্রীকৃষ্ণস্তু মপুঙ ফানা পেন্দে। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হাযরিবনী **ঐশ্বর্য্য-শিথিল-প্রেমে নাহি মোর প্রীত।**

## মুল ১৭

ঐশ্বর্য্যজ্ঞানে বিধি ভজন করিযা।
বৈকুণ্ঠতে যায চতুর্ব্বিধ মুক্তি পায্যা॥ ১৭॥

## শব্দার্থ

ঐশ্বর্য্যজ্ঞানে—ঐশ্বর্য্যবু খঙদুনা, বিধি-ভজন—নিযম-নাইবা লাই নীঙ, করিয়া—তৌদুনা, বৈকুণ্ঠতে—বৈকুণ্ঠদা, যায়—চৎলী, চতুর্ব্বিধ—মখল মরিগী, মুক্তি—অরান-খুভম্, পায়্যা—ফংদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐশ্বর্য্যবু খঙলুবদগী বিধি নাইবা ভক্তি তৌদুনা কনাগুম্বনা মখল মরিগী মুক্তি ফংলগা বৈকুণ্ঠদা চৎলী।

## নৈনরোল

ঐশ্বর্য্যজ্ঞানদা বিধিভক্তি তৌদুনা ভজন তৌরিবা ভক্তশিংগী ভজন অদুস্ত অরেম্বদা মাঙদে। ব্রজভাবতা চঙদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফঙবা ঙমদে হাযবত্রনী, অদুবু সালোক্যনচিংবা মুক্তি মখল মরিদুগী অমদি মখোয় ফংঙী অদুগা মুক্তি ফংলবা মতুঙদা বৈকুণ্ঠদা চৎলী। বৈকুণ্ঠবু পরব্যোমস্থ কৌযি। পরব্যোম ঐশ্বর্য্যগী ধাম্নী। ঐশ্বর্য্যজ্ঞানগী ফংগদবা মফমদি বৈকুণ্ঠনী।

মক্তি মখল মরিগী মমিংদি সার্ষ্টি, সারূপ্য, সামীপ্য অমসুং সালোক্য হায়বসিনী।

## মূল ১৮

সাষ্টি সারূপ্য, আর সামীপ্য, সালোক্য।
সাযুজ্য না লয় ভক্ত--যাতে ব্রহ্ম-ঐক্য।। ১৮ ।।

### শব্দার্থ

সাষ্টি—নীওলিবা ভগবৎ-স্বরূপ অদুগী পারিকবশিংগীগা চপমান্নবা ঐশ্বর্য্য ফংলবা মুক্তি, সারূপ্য—ছকমান্নবা, নীওলিবা ভগবৎ স্বরূপকী মছক অদু ভক্তদুগী ওইবা, আর—অদুগা, সামীপ্য—নক্লবা, ভক্তগা ভগবানগা লৈমিন্নবা, সালোক্য—মান্নবা ধামদা লৈবা, সাযুজ্য—নীওজরিবা লাইদুগী স্বরূপকা তিন্নবা, না লয়—লৌদে, ভক্ত—ভক্তনা যাতে —মদুদদি, ব্রহ্ম-ঐক্য—ব্রহ্মগা অমতা ওইশন্নৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাষ্টি ( ঐশ্বর্য্য মান্নবা ), সারূপ্য ( শকুমান্নবা ), অদুগা সামীপ্য ( নাক্তা নক্লবা ) সালোক্য ( লম তিন্নবা ) ( হায়বিবসি মখল মরিগী মুক্তিনী )। ভক্তদি সাযুজ্য (অমতা ওইশনবা) মুক্তি মখন্দু লৌদে কবিনা মখন অসিদা ব্রহ্মগা অমতা ওইশন্নৈ।

### তৈননরোল

জীবনা সংসারদগী অরানখুভম ফংববু মুক্তি কৌযি। মুক্তি ফংলবা জীবদি অরাবনা থল্লবা সংসারসিদা অমূক হন্না পোক্তরে। মুক্তি মখল মঙানী, মদুদি সাষ্টি, সারূপ্য সামীপ্য, সালোক্য, সাযুজ্য অসিনী। মঙাসিগী মনুঙদা ভক্তনা লৌরিবা মুক্তিদি সাযুজ্য নত্তবা অতৈ মরিসিনী। সাযুজ্য-মুক্তি ফংবা মীদি ব্রহ্মদা লুপ্পুনা অমতা ওইশন্নখ্রে। তোঙান্না লৈবা ফংদবনা মুক্ত ভক্তদুনা ব্রহ্মদুবু সেবা তৌবা যাদে। অতৈ মুক্তিদদি নীওজরিবা ভগবৎ স্বরূপ অদুবু সেবা তৌবা ফংজৈ। ভক্তদি ভগবানগী সেবা তৌবা পাম্জৈ। মরমসিনা ভক্তনা সাযুজ্য মুক্তিসে ভগবান্নক্তা পীগে হায়রবা ফাওবদা লৌদে, মরমদি মদুদা ভগবানবু সেবা তৌনবগী জ্ঞান মাঙগদৌরিবনী। সালোক্যনচিংবা মুক্তিগীস্তু অমূক মখল অনী অনী লৈ, মদুদি— সুখৈশ্বর্য্যোত্তরা অমসুং প্রেমসেবোত্তরা। মখোযনা লাৎচরিবা ভগবৎস্বরূপদুগী ধামদা লৈরগা ধামদুগী ঐশ্বর্য্য অমসুং রূপনচিংবা ফংনীওবনা মরু ওইবা, লাৎচরিবা স্বরূপদুগী সেবা তৌবনা মরু ওইদবা, অদুগুম্বা মুক্তিবু

সুখৈশ্বর্য্যোত্তরা ( ভক্ত মছাগী সুংঙাইবা অদুগা ঐশ্বর্য্য অমসুং অদুনা মরু ওইবা ) মুক্তি কৌয়ি। মছামছাগী সুখ অমসুং ঐশ্বর্য্য অমসুং শাস্তপু ভগবানবু সেবা তৌবনা মরুওইবা মুক্তি অদুবু প্রেমসেবোত্তরা ( প্রেম-সেবানা মরুওইবা ) মুক্তি কৌয়ি। সেবা-য়াওদবা সালোক্যমচিংবা মুক্তি-দি কনাগুম্বা ভক্ত অমতনা লৌদে।

## মূল ১৯

যুগধর্ম্ম প্রবর্ত্তাইমু নামসঙ্কীর্ত্তন।
চারিভাবভক্তি দিয়া নাচাইমু ভুবন ॥ ১৯ ॥

## শব্দার্থ

যুগধর্ম্ম—যুগগী চৎনগদবা ধর্ম্ম, প্রবর্ত্তাইমু—হৌদোকে, নাম-সঙ্কীর্ত্তন—ভগবানগী কোলোই মিংলেন্ শোনবা, চারি—মরি, ভাব—পুকচেল, ভক্তি—লাইনীঙ, ( চারিভাবভক্তি—মখল মরিগী ভক্তি ), দিয়া—পীদুনা, ন চাইম—জগোই শাহনগে, ভুবন—জগৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক হরি মিংলেন শোনবা হায়বা যুগগী ধর্ম্মদো হৌদোকে। পুকচেল মখল মরিগী ভক্তি পীদুনা জগৎপু জগোই শাহনগে।

## নৈনরোল

যুগ হায়বদি সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি কৌবা যুগ মরিসিনী। অদুনা যুগধর্ম্ম হায়বদি যুগ যুগ অদুগী ধর্ম্ম হায়বনী। যুগ অমমমগী ধর্ম্মসু অমমমী। সত্যযুগগী সাধনদি ধ্যান-নী, ত্রেতাগী সাধন্না যজ্ঞনী, দ্বাপরগী সাধন্না পরিচর্য্যা (সেবা), অদুগা কলিযুগগীনা সঙ্কীর্ত্তন্নী। নৈনরিবা পয়ার-সিদা হায়বিবা যুগধর্ম্মসিদি কলিযুগগী ধর্ম্মনী। কলিযুগগী সাধন ধর্ম্মদি শ্রীহরিনাম সঙ্কীর্ত্তন হায়বসিনী। "হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্। কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা" বৃহন্নারদীয় বচন। ৩৮। ১২৬ ॥—হরিনামতনা হরিনামতনা হরিনামতনা লোইরবনী লেপ্পমক, কলিদা অতোপ্পা গতি (পান্থ) অমা লৈত্রবনী লৈত্রবনী লৈত্রবনী লেপ্পমক্।"

শ্রীকৃষ্ণ নত্রগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি পূর্ণতম ( মপুঙ-পুঙফা ফাবা ) ভগ-বান্নী, যুগধর্ম্ম হৌদোকপদি মাগী মথৌ নত্তে ( মূল ১/৪/৩৭ )। মাগী

অংশ যুগবতারনু যুগ ধর্ম্ম হৌদোকহল্লী ( মুল ১/৩/২৬ )। ভগবান্ মহা-মক্না জগত্তা অবতার তৌবা মতমদা অতৈ অবতার পূম্নমক ( যুগাবতারস্নু ) মহাক্কী শ্রীবিগ্রহদ লাক্নুনা তিল্লৈ, স্বয়ং ভগবানগী শ্রীবিগ্রহদা ( হকচাঙ-স্নুংদা ) লৈরগা মখোয়না মহা মহাক্কী থবক পাঙথোকখি। শ্রীকৃষ্ণনা সক্ষম তৌরম্বদি কলিযুগদা মহাক্না জগত্তা অবতার তৌবা মতমদা মহাক্কী শ্রীবিগ্রহদা যাওরিবা যুগাবতারদা থোজান্দুনা মহাকপু কলিযুগগী সাধন-ধর্ম্ম শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তন হৌদোকহনগে হায়বসিনী। অতৈ অতৈ কলিযুগগী নামসঙ্কীর্ত্তনদগী হন্দক্কী কলিযুগগী সঙ্কীর্ত্তন অসিনা মরম অমদা থোই-দোকয়ি। মরমদি হন্দক্তি প্রেমগী মহক ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী শ্রীবিগ্রহদা লৈবা যুগাবতারনা হৌদোক্লকপা নামসঙ্কীর্ত্তনস্নু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী প্রেম অদুনা হান্না চোৎলবা মওংদা থোবক্লগা মযামদা যৌররে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা অবতার তৌখিবা কলিযুগগী হরিনামগা অতৈ কলিযুগগী হরিনামগা খেন্নবা অসিনী। অদুগা অমুক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী শ্রীমুখদগী থোবকপা হরিনামদি মহাক্নুম্না সর্ব্বশক্তিমান ওই ( শক্তিপূম্নমক্না তিল্লী )।

জাবগী অযৌবী মওংদা নেনবগী পান্দম ওইবা পোক্তি (সাধ্যবস্তুদি) প্রেমভক্তিনী ( নুংশিংগা লোইননা নীওবা ) অদুগা পান্দমদু পাঙথোক্লবা থোওংনা ( সাধন্না ) শ্রীনাম সঙ্কীর্ত্তন্নী। নৈনরিবা পযারসিদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—প্রেমভক্তি পোক্লবগী সাধনস্নু শন্দোক্লনী অদগা মহামক্না জীবদা প্রেমভক্তিস্নু পীগনী। মসি করম্না ওইগদগে হায়বদু খন্নবা যাই। প্রেম-ভক্তিদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তিগী থোইদোকপা শক ওং অমনী। শ্রীকৃষ্ণনা হ্লাদিনীসিবু মফম পুম্নদা চাইথোক্লি মসিবু খুনবা ওন্থদি ভক্ত ওইবা মীগী থম্মোইদননী। শ্রীনামসঙ্কর্ত্তনগী মপান্না জীবগী মপুক্তা লৈবা ফত্তবা অনীওবা পূম্নমক কোক্লগা মপুক্তু শেংদুনা মোত্ত্রবদা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্ত-দুগী মবুক্কুংদা হ্লাদিনী শক্তিসে লংশনগনী; অদুদগী জীবগী শুদ্ধ-চিত্তদা হ্লাদিনীহুনা প্রেমভক্তি ওইখৎলবদা ভক্তদো প্রেম্না ঙাওদুনা জগোই শাগনী। অদুনী 'শ্রীকৃষ্ণনা চারিভাবভক্তি দিয়া নাচাইমু ভুবন' হায়বদি।

## মুল ২০

আপনি করিমু ভক্ত-ভাব অঙ্গীকারে।
আপনি আচরি ভক্তি শিখাইমু সভারে ॥ ২০ ॥

### শব্দার্থ

আপনি— ইছামক্না , করিমু—তৌগনী , ভক্ত-ভাব—ভক্তগী মওং নত্রগা পুক্চেল , অঙ্গীকারে—লৌবা , আপনি—ইছামক্না , আচরি—চৎতুনা , ভক্তি—লাইনীঙ, সাধন ভক্তি তৌবা , শিখাইমু—তাক্পিগনী , সভাবে—পূম্নমক্তা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**ঐ ইছামক্না সাধকভক্তগী ভাব লৌগনী অদুগা সাধনভক্তিদু ইছামক্না চৎতুনা মী পুম্বদা তাক্পিনী ।**

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা খল্লম্মী— মহাক মছামক্না সাধক-ভক্তগী মতৌ তৌগনী , সাধন করম্না তৌরগা ফংবগে হায়বদু মছামক্না ভক্ত অমদৌনা সাধন তৌদুনা উৎকনী হায়না মহাক্না হায়রি ।

### মূল ২১

আপনি না কৈলে ধর্ম্ম শিখান না যায
এই ত সিদ্ধান্ত গীতা ভাগ-তে গায ॥ ২১ ॥

### শব্দার্থ

আপনি—ইছামকনা , না কৈলে—তৌদ্রবদি , ধর্ম্ম—সাধন ধর্ম্ম, লাইনীঙ, সাধন ভক্তি , শিখান - তাকপীবা , না যায—যাদে ; এইত—মসিমক , সিদ্ধান্ত- বাবেপ , গীতা-ভাগবতে শ্রীমদ্ভগবদগীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতনা , গায —শকয়ি, হায় ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইছামকনা তৌদ্রবদি ধর্ম্ম তম্বী-তাকপীবা যাদে। ব্রাফম অসিমক শ্রীমদভগবদগীতানা অদুগা শ্রীমদভাগবত পুরাণনা হায় ।

### মূল ২২

পরিত্রাণায সাধুনাম্ বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম ।
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

পরিত্রাণায়—কন্নবগীদমক ; সাধূনাম—ভক্তশিংবু, বিনাশায়—মাঙহন্নবগীদমক, চ—অমসুং, দুষ্কৃতাম—ফত্তবা থবক-তৌবশিংগী, ধর্ম-সংস্থাপনার্থায়—ধর্ম লিংনবগীদমক; সম্ভবামি—নোংগুম্মী ; যুগে যুগে—যুগ যুগ খূদিংদা।

### চৈতন্যোপনা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—'সাধুভক্তশিংবু কন্নবগীদমক, ফত্তবা-থবক-তৌবশিংবু মাঙহন্নবগীদমক অদুগা ধর্ম লিংনবগীদমক যুগ যুগ খূদিংদা ঐহাক নোংগুম্মী।

### টৈনবরোল

ভগবান্দি মীচঙ মীখায় নাইদে মহৌশানা, অদুবু ভক্তশিংবু কল্লী অদুগা ভক্ত-৫ৎপা মীশিংবু হাৎলী হায়বসিনা মীচঙ-মীথায় নাই হায়রম্মী প্রমাণ নত্রা হায়না কনাগুম্বনা হংবা যাই। মদুগী পাউথুমদি অসিনী—ভগবান্না অসুরসিংবু হাৎপসে ওং নৈবা নত্তে চানবিবনী। মবমদি ভগবান্না হাৎলবদি মী অদো মুক্তি ফংলে, মহাক্কী পাপ তৌকবগী ফল ওইনা নরক কোমদা মতম কুইনা তাদুনা বাগদবা শক্কক অদু কোক্লে। মখোয় নবক কোমগী অরাবা ফংদবদা নত্তনা সংসারসিদা অমূক হল্লক্ররোই, অদুনা সংসার মৈচাক চাক্লরোই। মরমসিনা ভগবানবু হতারিগতিদায়ক ( হত অরি—হাৎলবা যেকৃনবদা, গতি দায়ক—মুক্তি পীবিবা ) হায়না কৌনৈ।

মূল শ্লোক অসি ভগবদগীতাদগীনী ( ৪/৮ )।

### মূল ২৩

উৎসীদেযুরিমে লোকা ন কুর্য্যাং কর্ম্ম চেদহম্।
সঙ্করস্য চ কর্ত্তা স্যামুপহন্যামিমাঃ প্রজাঃ ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

উৎসীদেযুঃ—উৎসন্ন শাদুনা মাঙগনী, ইমে লোকাঃ—মী মযামসি, ন—নত্তে, কুর্য্যাং—তৌযি, কর্ম্ম—থবক, চেৎ—বদি, ( ন কুর্য্যাম্ কর্ম্ম চেৎ—থবক তৌত্রবদি ) অহম—ঐনা, সঙ্করস্য—বর্ণ-শেরান্নবগী মচা, চ—অমসুং, কর্ত্তা—থোকহনবা মী, স্যাম্—ওইনী, উপহন্যাম—মাংহল্লগনী, ইমাঃ—মযাম অসি, প্রজাঃ—প্রজাশিং।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন-দা হায়রম্মী—ঐনা থবক তৌদ্রবদি, মী হায়বসি উত্তম শাতুনা মাঙলগনী, বর্ণ-শেরান্নবগী মচা পোকহন্নবা শিনবা হায়বত্তু তারগনী, অদুগা প্রজা ময়ামসিবু মাঙহল্লগনী।

## নৈনরোল

শ্লোক অসি ভগবদগীতাদগীনী ( ৩/২৪ )। বর্ণসঙ্কর হায়বগী অর্থদি যান্নরগা শেবান্নবা পোকপা মচা হায়বনী। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অদুগা শূদ্র হায়বা বর্ণ মরিনী। সঙ্করগী অর্থনা 'যান্নবা' হায়বনী। বর্ণ অমগী ওত্তবী নুপীদা অতোপ্পা বর্ণগী নুপী লৈবা নুপাগী মচা অমা বিধি কায়না পোক্ল-বদি মচাদুবু বর্ণসঙ্কর কৌযি।

মায়িক জগৎতা অবতার তৌবগা ভগবান্না কর্ম্ম তৌবিবা কবিগীনো হায়বত্তু শ্লোকসিদা হায়রি। মযাগা তৌনরিবদি থবক তৌবা মতমদা খ্বাই-দগী থোইবা মীতানা তৌবা থবকী মতৌ তম্মৈ। মরমতুনা ভগবান্না জগৎতা কুম্নগা কর্ম্ম অমত্তা তৌদত্তুনা লৈথোক্লবদি মাগী খুদু ইন্দুনা মী অতৈসু ধর্ম্ম-কর্ম্ম অমতা তৌবরোই। ধর্ম্ম অধর্ম্ম পাপ পুণ্যগী বিচার তৌররোই, নুপী হায়বা জাৎনা অতোপ্পা নুপাগা অদুগা নুপাগী জাৎনা অতোপ্প। নুপীগা সঙ্গ তৌবদি পাপকী মশক্কী হায়বদো মখোয খঙলরোই। ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌরগা পোকপা নত্তনা সংযম ( ইন্দ্রিয় খূদম চনবা ) ব্রাৎলগদি অথিঙবা লেতনা পাদোংনরগনী; মতৌ অসুম্না লান্নবা মচা হায়বদি বর্ণ-সঙ্কর কয়া সমাজদা পোক্লগনী, অদু ওইরবদি বর্ণ-সঙ্কর পোকপগী থৌশিন্‌বা হায়বত্তু ভগবান্না ওইরগনী। অসিগুম্বা তুক্কচনাই ওইবা থবক থোক্তনবা ভগবান মচামক্না থবক তৌযি অদু ওইরবদি মী অতৈশিংনা মাগী মতৌ তমত্তনা থবক তৌগনী। ভগবান মহামক্না চৎতুনা হায়বগী ( এবং আপনি আচবিনচিংবা মূল পযাব ২০ গী ) প্রমাণদি নৈনরিবা শ্লোকসিনী।

## মূল ২৪

যদ যদাচরতি শ্রেযানিতবস্তৎ তদীহতে।

স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে ॥ ২৪ ॥

## শব্দার্থ

যৎ যৎ—মদু মদু, আচরতি—চৎলী, শ্রেবান্—মীথোই মীহেন্না,

ইতরঃ—অতোপ্পা মীনা , তৎ তৎ—মতু মতু , ঈহতে – তৌগদবগী হোংনৈ. সঃ—মহাক্না (মীথোই-মীহেন্দুন.) যৎ—মতু . প্রমাণম্—চাংদম্, মচাঙ . কুরুতে—তৌরি , লোকঃ—মীয়াম্না , তৎ—মতু অনুবর্ত্ততে—তুং ইল্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীথোই মীহেন্না তৌবা তৌবা অতু অতোপ্পা মীনা তৌগদবগী হোং নৈ। মহাকনা প্রমাণ ওই হায়না লৌরিবতু মীচম্ ময়াম্নসু মতুগী তুং ইল্লী।

### নৈনরোল

শ্লোক অসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগীনী ( ৬/২/৪ )। করি করিগুম্বা লাই-রীক্তা মসিগী মতুত্তা অসিগা চপমান্নগুম্বা গীতাগী শ্লোক—"যদ যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবতরো জনঃ। স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে॥ ৩/২১ ॥"—মসি হাপ্পা যাওরি। অর্থগীদি করিসু কায়দে, অদুবু কবিরাজ গোস্বামীনা মহাকী মূল ২১ দা গীতা অমসুং ভাগবতকী প্রমাণ লৈ হায়না পল্লি অতুগা অহানবা শ্লোক অনীনা গীতাদগী লৌথোক্লবনীনা অরোয়বা শ্লোকসি গীতাগী শ্লোক ওইদ্রে‌না। শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক ওইরবদি মূল পয়ার ( ২১ ) অসিদা হাযরিবসিগা নাতৈ চানৈ।

### মূল ২৫

যুগধর্ম্ম প্রবর্ত্তন হয় অংশ হৈতে।
আমা বিনা অন্যে নারে ব্রজপ্রেম দিতে ॥ ২৫ ॥

### শব্দার্থ

যুগধর্ম্ম প্রবর্ত্তন—যুগ অমগা চৎকদবা ধর্ম্ম হোদোকপদি . হয়—ওই , অংশ—ভগবানগী অংশ অবতার , হৈতে—দগী , আমা বিনা——ঐ নত্তনা , অন্যে—অতোপ্পনা নারে—ঙমদে , ব্রজপ্রেম ঐশ্বর্য্যগী মনম চঙদবা মাধুর্য্যগী দা ওইবা ব্রজগী প্রেম (ব্রজগী দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমদি মধুর ভাবকী ওইবা প্রেম ( মসুংশি ) , দিতে—পীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

এগী অংশ-অবতারনা যুগ অমগী ধর্ম্ম হোদোকপা য়াই। ঐ নত্তনদি অতোপ্পা ( অংশ অবতার ) অমনা ব্রজগী প্রেম অতু পীবা ঙম্মোই।

## মূল ২৬

**সন্ত্ববতারা বহবঃ পুষ্করনাভস্য সর্ব্বতোভদ্রাঃ ।**
**কৃষ্ণাদন্যঃ কো বা লতাস্বপি প্রেমদো ভবতি ।। ২৬ ।।**

## শব্দার্থ

সন্তু—লৈসনু , অবতারাঃ—অবতারশিং , বহবং—অযাম্বা , পুষ্কর নাভস্য—স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী , সর্ব্বতঃ—মায়কৈ পুম্বদা , ভদ্রাঃ—মঙ্গলগীমছক ওই , কৃষ্ণাৎ—শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অন্যঃ—অতোপ্পা , কঃ বা—কনানবু , লতাসু—উরিশিংদা , অপি—সু , প্রেমদঃ—প্রেম-পীবা , ভবতি—ওই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খোযদৌদা থম্বাল হৌবা ( পদ্মনাভ ) শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গল পুম্বা-পীনরিবা অবতার যাম্না লৈশনু , অদুবু কৃষ্ণ নত্তনা উরিদফাওবা প্রেম-পীবা কনা অমা লৈবগে ?

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদি মীওইবদদা প্রেম পীদে, শা, উচেক, তীন্-কাণ্ড, করি হায়রলি উরিদফাওবা প্রেম পীবা ওম্মী অদুগা পীসু পী । শ্রীমদ্ভাগবতমদা মদুগী প্রমাণ ফংঙী । শ্রীকৃষ্ণগী চাংদমগাই লৈতবা রূপ মাধুর্য্য ( ছক ফজবা ) উরুবদগী শা-উচেক-উ-রানচিংবা পুম্বনা প্রেমগী ভুজু চুংলম্মী (১০/২৯/৪০)। শ্রীরামচন্দ্রনা বন চংপ মতমদা উ-রানচিংবা কপ্লম্মী হায়না রামায়ণ-দগী তাবা ফংঙী। মসিনা তাকপবু শ্রীরামচন্দ্রগীদমক উপাম্বীশিংদুগী প্রেম পোকখি অদুগা শ্রীরামচন্দ্রসু উ-পাম্বীশিংদা প্রেম পীরম্মী হাযবসিনী। অদু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা প্রেম পীবিনবা কনামতা লৈতে হায়বসি করিগীনো ? রাহংসিগী পাউথুমদি শ্রীরামচন্দ্রগীদমক উ-পাম্বীশিংনা কপ্লম্মী হায়বসে অচুম্বনী । অদুগা মদু শ্রীরামচন্দ্রনা বন চংলমদায়দা কায়নবগী রাবনা কপ্পনী । কায়নদবা মতমদদি উপাম্বীশিংনা কপ্তে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগীদি মাগা উনবা মতমদসু নুমিৎ থূদিংগী শা-উচেক-উ-পাম্বী-উরিনচিংবগী হকচাঙদা প্রেমবিকার ( মুংশি থুদম ) উবা ফংঙী । মসিগী প্রমাণদি শ্লোক ১০/২৯/৪০ অদুনী ।

## মূল ২৭

তাহাতে আপন ভক্তগণ করি সঙ্গে ।
পৃথিবীতে অবতরি করিম নানা রঙ্গে ॥ ২৭ ॥

### শব্দার্থ

তাহাতে—মরমদুনা , আপন—ইছামক্কী , ভক্তগণ—ভক্তশিংবু , করি—তৌদুনা ( পুদুনা ) , সঙ্গে—লোযননা , পৃথিবীতে—মালেমথক্তা , অবতরি—নোংঙমদুনা , করিম—তৌগনী , নানা—মখল মখলগী , রঙ্গে—লীলা, শান্নবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা ইছামক্কী ভক্তশিংগা লোযননা মালেমথক্তা ( পৃথিবীদা ) কৃষ্ণগা লীলা মখল-মখা শান্নগনী ।

## মূল ২৮

এত ভাবি কলিকালে প্রথম সন্ধ্যায় ।
অবতীর্ণ হৈলা কৃষ্ণ আপনি নদীযায ॥ ২৮ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসুম্না , ভাবি—খন্দুনা , কলিকালে—কলিকালদা , প্রথম—অহানবা , সন্ধ্যায়—লংদাইদা , অবতীর্ণ হৈলা—নোংঙমখী , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ ; আপনি—মহামক , নদীযায—নদীয়াদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম্না খল্লগা কলি যুগগী অহানবা সন্ধ্যাদা ( হৌরকপদা ) শ্রীকৃষ্ণ মহামক নদীয়াদা অবতার তৌখি ।

### নৈনরোল

সূর্য্যসিদ্ধান্তগী মতুঙ ইন্না কলিযুগ হৌবদগী মীওইবগী চহী মশীঙদা চহী ৩৬০০০ ফাওবদু কলিযুগগী অহানবা সন্ধ্যা কৌই। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু কলিযুগগী চহী ৪৫৮৬ চৎখ্রবা মতমদা নদীযাদা অবতার তৌখি ।

## মূল ২৯

চৈতন্যসিংহের নবদ্বীপে অবতার ।
সিংহগ্রীব সিংহবীর্য্য সিংহের হুঙ্কার ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যসিংহের—নোংশাগুম্বা চৈতন্য মহাপ্রভুগী , নবদ্বীপে—নবদ্বীপ তা , অবতার—নোংগুম্বা , সিংহগ্রীব—নোংশাগী ভক্তো তাবা , সিংহবীর্য্য —নোংশাগীগুম্বা থৌনা লৈবা মহাক , সিংহের হুঙ্কার—নোংশাগী মঙং ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্বা চৈতন্য মহাপ্রভু নোংশানা নবদ্বীপ-তা অবতার তৌখি । নোংশাগী ভক্তা তাই অদুগা নোংশাগী থৌনা লৈবনী মহাক্তী । মাগী খোল্লাংনা নোংশানা ওওবগুম্বনী ।

## মূল ৩০

সেই সিংহ বসুক্ জীবের হৃদয়-কন্দরে ।
কল্মষ-দ্বিরদ নাশে যাঁহার হুঙ্কারে ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

সেই সিংহ—নোংশা অদু হায়বদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা , বসুক্— লৈসনু , জীবের—জীবগী , হৃদয়-কন্দরে—থম্মোই-কুহাদা , কল্মষ— পাপ , দ্বিরদ—যা অনী লোঙবা শা হায়বদি শামু , ( কল্মষ-দ্বিরদ— ভক্তিগী য়েন্নবা থবক্তা মছক ওইবা শামু ) , নাশে—মাঙঙী , যাঁহার— মহাক্কী হঙ্কারে—ঙংলকপনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংশা অদুনা জীবগী থম্মোই-কুহাদা লৈবা ওইসনু । মানা হুঙ্ হায়না ঙংলকপদা পাপকী হায়বদি ভক্তগী য়েন্নবা ওইবা কর্ম্ম কৌবা শামুদো মাঙঙী ।

## মূল ৩১

প্রথম লীলায় তাঁর 'বিশ্বম্ভর' নাম ।
ভক্তিরসে ভরিল ধরিল ভূতগ্রাম ॥ ৩১ ॥

## শব্দার্থ

প্রথম—অহানবা, লীলায়—লীলাদা, তাঁর—মহাক্কী, বিশ্বম্ভর—বিশ্বম্ভর, নাম—মিং, ভক্তিরসে—ভক্তিরসনা, ভরিল—যোক্লম্মী, ধরিল—ফাহুনা থনম্মী, ভূতগ্রাম—জীব পুম্ববু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবা লীলাদা মহাক্কী মিং বিশ্বম্ভর কৌযি। ভক্তিরস থক্হন্দুনা জগৎ য়োক্লম্মী অদুগা জীব পুম্ববু কন্দুনা থম্খি।

### নৈনক্লোল

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা থৃপ্লসি মছাগী চহী ৪৮ শুবদনী। অহানবা চহী ২৪ যুম পান্দুনা লেপ্লিবৈদা শান্নখিবা লীলাশিংগী মিংদি প্রথম (অহানবা) লীলা কৌযি। মতমসিদা প্রভুগী বিশ্বম্ভব হায়বা মিংসি লৈরম্মী। বিশ্বম্ভর শব্দগী অর্থদি বিশ্ববু পোষণ-ধারণ ( যোকপীবা অমসুং থম্বীবা ) হায়বনী। মহাক্না ভক্তিরস পীথক্কুনা জীবশিংবু পোষণ অমদি ধারণ তৌবিখি। জীবসি মাগী স্বরূপকী ( মছক্কী ) হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণগী দাস-নী (মনাইনী)। মবমদুনা ভক্তিবস-দনা মাগী হিংনঙাই পোৎলম্মী। অদুবু হায়কম-খঙদবা মতমদগী হৌনা কৃষ্ণদগী মায ওস্থোক্লবা জীবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কাউদুনা মায়াগী সংসারদা লাক্কুনা মায়িক সুখদা মৎ কাদুনা লৈখরে, শ্রীকৃষ্ণ সেবাদগী পোক্পা ভক্তিরস হায়বদু ৱাৎপনা মখোয় মযেং তাখরে। খমথেংনা থোজালহৈবা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা মখোযগী কৃষ্ণ কাউবদু মাঙহনবিরগা মখোয-দা ভক্তিরস পীবিখি অদুগা মখোযনা ভক্তিরস থক্কুনা মখোযগী চিন্ময-স্বরূপ ওইবা হৈঙৎতুনা হায়বদি মায়াদা পুক্নীঙ লূপ্লদু তোক্কুনা জীবগী স্বরূপকী ওইবা শ্রীকৃষ্ণসেবা হায়বদুদা পুক্নীঙ লূপ্পা ওম্লে। মসুম্না শ্রীচৈতন্য প্রভুনা জীববু পোষণ তৌবিখি। মসুম তৌরগা মহাকনা জীবশিংবু মখোযগী অওইবা স্বরূপ অদুদা ফীভম কায়দনা থম্বিখি, হায়রবদি জীবশিংনা অমুক মায়িক সুখ প্পামদরে। মসিনী শ্রীচৈতন্য প্রভুনা জীবশিংবু ধারণ তৌবিখি হায়বদি। মতৌ অসুম্না শ্রীচৈতন্য প্রভুনা ভক্তিরস পীবিদুনা বিশ্ব তাইবংগী জীবশিংবু পোষণ-ধারণ তৌযি হায়দুনা প্রভুগী মিং বিশ্বম্ভর কৌখিবনী। অওইবদি প্রথম লীলাগী মতুঙদসু মহাকনা জীবদা ভক্তিরস পীবিখি, অদুমকপু ভক্তিরস পীবগী থক অসি প্রথম লীলাদনা মরাং কাযখি হায়বা মরম্না মাগী মিং বিশ্বম্ভরনি হায়না শীংনা ফাওখি।

### মূল ৩২

'ডু ভৃঞ' ধাতুর অর্থ—পোষণ ধারণ ।
পুষিল ধরিল প্রেম দিয়া ত্রিভুবন ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

ডু ভৃঞ—ডু ভৃ হায়বা ; ধাতুর—ধাতুগী ( ক্রিয়াগী মরুগী ), অর্থ—অর্থ , পোষণ—যোকপা , ধারণ—প্পায়তুনা থম্বা , পুষিল—য়োকখি , ধরিল—পায়তুনা থমখি , প্রেম—ভগবানবু নুংশিবা , দিয়া—পীতুনা , ত্রিভুবন—স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল হায়বা মরোল অহুম্ ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'ডু ভৃঞ' হায়বা ধাতুগী অর্থদি যোকপা অমসুং পায়তুনা থম্বা হায়বনি । মহাকনা ( শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ) ভগবানবু নুংশিবা ( প্রেম ) হায়বদু পীবিতুনা মবোল অহুম্ হায়বদি স্বর্গ, মর্ত্ত্য অমসুং পাতালবু যোকপী ঙাকপীখি ।

### মূল ৩৩

শেষ লীলায় নাম ধরে 'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য' ।
শ্রীকৃষ্ণ জানায়ে সব বিশ্ব কৈল ধন্য ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

শেষ—অরোইবা , লীলায়—লীলাদা , নাম—মিং , ধরে—লৌয়ি , শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বা , শ্রীকৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ হায়বদু , জানায়ে—খঙহন্দুনা , সব—পুম্বা , বিশ্ব—তাইবংবু , কৈল—ওইহল্লে , ধন্য—লাইবক-ফবা, মহৈ-য়ানবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অরোইবা লীলাদা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য হায়বা নাম লৌয়ি । শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা খঙহন্দুনা বিশ্ব তাইবং পুম্বগী মরাইবক ফহনখি ।

### নৈনরোল্

অরোইবা লীলাদা শ্রীমন মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা জীবশিংবু

খঙহন্‌বিখি হায়রতুনা মাগী মিং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইখিবনী। শ্রীপাদ কেশব-ভারতীগী চীন্দগী মিংসি থোক্‌খিবনী।

## মূল ৩৪

তাঁর যুগাবতার জানি গর্গ মহাশয়।
কৃষ্ণের নামকরণে করিয়াছে নির্ণয় ॥ ৩৪ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর— মহাক্কী ( শ্রীচৈতন্যগী ), যুগ-অবতার—যুগগী-অবতার, জানি—খঙতুনা, গর্গ—গর্গ, মহাশয়— পুকচেল-চাউবা মী, মহাত্মা কৃষ্ণেব—ভগবান্ কৃষ্ণগী, নামকরণে—মিং থোনবদা, করিয়াছে—তৌখি, নির্ণয—তশেংনা লেপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকপু ( শ্রীচৈতন্যবু ) কলি যুগগী অবতাবনী খঙতুনা, গর্গমুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী মিংথোন্‌বা মতমদা মহাক অবতার তৌরগনী হায়বতু লেপ্পল্লবনী।

## নৈনরোল

মফমসিদা যুগ-অবতার শব্দসি পারিভাষিক অর্থদা শীজন্নবা নত্তে, মরমদি পারিভাষিক যুগ-অবতারদি শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী, অদুগা শ্রীচৈতন্য হায়বদি কলিযুগ অসিদা অবতার তৌবিবা মহাক্তি—স্বযং শ্রীকৃষ্ণমক্কী। গর্গমহাশয় অসি বসুদেবগী শাগৈগী পুরীতনী। মহাক জ্যোতিষ শাস্ত্র য়াম্না হৈরম্মী। বসুদেবনা মহাকপু গোকুলদা থারগা শ্রীকৃষ্ণগী নামকরণ তৌহনখি। নামকরণ তৌবসিগী মতমদা ইঙ্গিতনা হায়রম্মী—স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণমরা কলিযুগদা নাপু মচুগী শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌয়ি। নামকরণে—নামকরণ-সংস্কারগী মতমদা। অঙাঙগী চহী মতাঙ থা তরুক শুরগা নামকরণ সংস্কার তৌনে। নৈনরিবা মূল পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা আসন্ বর্ণাঃ হায়বা শ্লোক অসি গ্রন্থকারনা লৌখংলী।

## মূল ৩৫

আসন বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্লতোহনুযুগং তনূঃ।
শুক্লো রক্তস্তথা পীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

আসন—লৈরম্মী, বর্ণাঃ—কুচুশিং ; ত্রয়ঃ—অহুম, হ—লেপ্পমক, অস্য—মহাক্কিগী, গৃহ্নতঃ—লৌরিবা, অনুযুগম্—যুগ যুগ খুদিংদা, তনূঃ—হকচাঙ, শ্রীমূর্ত্তি, শুক্লঃ—অঙৌবা, রক্তঃ—অঙাঙবা, তথা—অদুম্না, পীতঃ—নাপু, ইদানীম—হৌজিক, কৃষ্ণতাম্—অমুবা, গতঃ—লৌরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গর্গাচার্য্যনা হায়রম্মী—হে ব্রজরাজ। যুগ যুগ খুদিংদা শ্রীমূর্তি ফোঙলিবা নচান্নপা সিগী অঙৌবা, অঙাঙবা অমস্তুং নাপু কুচু অহুমসে ওইখরে। হন্দক মহাক অমুবা কুচু লৌররে।

### নৈনরোল

শ্লোক অসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপা শ্লোকনী ( ১০/৮/১৩ )।

### মূল ৩৬

শুক্ল, রক্ত পীতবর্ণ এই তিন দ্যুতি।
সত্য-ত্রেতা-কলিকালে ধরেন শ্রীপতি ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

শুক্ল—অঙৌবা, রক্ত—অঙাঙবা, পীত বর্ণ—নাপু মচু, এই—অসি, তিন—অহুম, দ্যুতি—মঙাল, কুচু, সত্য সত্য যুগ, ত্রেতা—ত্রেতাযুগ, কলি—কলি যুগ, কালে—মতমদা, ধরেন—লৌয়ি, শ্রীপতি—ফজবা পূম্বগী মপু নত্রগা শ্রীগী ( শ্রীরাধাগী ) মবুংঙো, শ্রীকৃষ্ণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপতিনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) সত্য, ত্রেতা, কলিদা মথংশীংনা অঙৌবা, অঙাঙবা অমস্তুং নাপু-মচু অহুমসিগী কুচু লৌয়ি।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা সত্যদা অঙৌবা, ত্রেতাদা অঙাঙবা অদুগা কলিদা নাপু-মচুগী কুচু লৌয়ি। স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবা দ্বাপর যুগ অদুগী হেক থংনবা মতুঙগী কলি যুগ অদুদা মহাক্না নাপুমচুগী কুচুদা মহামক অবতার তৌয়ি। হন্দক্কী কলি অসিবু বিশেষ ( থোইদোকপা ) কলি কৌয়ি।

## মূল ৩৭

ইদানী, দ্বাপরে তিঁহ হৈলা কৃষ্ণবর্ণ ।
এই সব শাস্ত্রাগম—পুরাণের মর্ম্ম ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

ইদানী,—মতমসিদা, হৌজিক, দ্বাপরে—দ্বাপব যুগদা, তিঁহ—মহাক (শ্রীপতি), হৈলা—ওইবে, কৃষ্ণবর্ণ—কুচুমুবা, এই—বাসি, সব শাস্ত্র-আগম-পুরাণের—শাস্ত্র, আগম অমসুং পুরাণ পুম্বগী, মর্ম্ম—রা মচংনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক দ্বাপর যুগসিদা মহাক্না (শ্রীপতিনা) কুচুমুবা ওইববে রা অসি শাস্ত্র, আগম অমসুং পুরাণ পুম্বগী বা মচংনী ।

### নৈনরোল

ইদানীং—হৌজিক হায়বদি বৈবস্বত-মন্বন্তরগী অষ্টাবিংশ চতুর্যুগগী দ্বাপরগী মমৈথংবা শরক্তা হাযবনী । আগম—আগমশাস্ত্র, তন্ত্রশাস্ত্র হাযবনী । নত্রগা, শাস্ত্রনীতবু হাযরদি মতুবু আগম কৌযি । আসন বর্ণাঃ হায়বা শ্লোকসিদা হাযবিবা রাসে আগম পুরান্নচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্না যাই ।

## মূল ৩৮

দ্বাপরে ভগবান শ্যামং পীতবাসা নিজায়ুধং ।
শ্রীবৎসাদিভিরঙ্কৈশ্চ লক্ষণৈরুপলক্ষিতং ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

দ্বাপরে—দ্বাপর যুগদা, ভগবান্—ভগবান, শ্যামঃ—মুরৈনবা, পীতবাসাঃ—সনা ফীগে থোনবা; নিজ—মছামকী, আয়ুধঃ—খুৎলাই (পায়বা), শ্রীবৎস আদিভিঃ—শ্রীবৎসনচিংবা, অঙ্কৈঃ—হকচাঙগী চিহ্ননা, চ—অমসুং, লক্ষণৈঃ—কৌস্তুভনচিংবা মপাম্ন্থোংগী চিহ্ননা, উপলক্ষিতঃ—খুদম্নরবা (ওই) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বাপরযুগদা ভগবানদি কুচু-মুরৈনবনী অতুগা সনাফীগেথোনবনী,

মছামক্কী ওইবা চক্রনচিংবা খুৎলাই পাযবনী, শ্রীবৎসনচিংবা চিহ্ন, খোঙ-খুৎনচিংবগী থম্বান্নচিংবা হুকচাঙগী চিহ্ন অমসুং কৌস্তুভনচিংবা মপান্থোংগী চিহ্নশিংনা খুদম্লরগা মহাক অবতার তৌয়ি।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমুদগী শ্লোথোক্লকপনী (১১/৫/২৭)। শ্লোকসিদা বৈবস্বত-মন্বন্তরগী ২৮ শুবা চতুর্যুগগী দ্বাপরগী অরতারগী মরমদা রা হায়রিবনী। যুগ অসিদা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্লা অবতার তৌবা মরম্না যুগগী সাধারণ অবতার অমা তোঙান্না তৌরে, শ্রীকৃষ্ণগী মনুঙদা লৈরগা মহাক্না মছাগী থবক তৌয়ি। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণবু দ্বাপর-যুগগী অবতারনী হায়না পল্লিবনী। তৌবগীবুদি শ্রীকৃষ্ণদি সাধারণ যুগাবতার নত্তে, মরমদি দ্বাপবগী সাধারণ যুগাবতারগী কুচুদি তেনর। উচেক্কী মচুগুম্না শংঙী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী বর্ণদি অতসীকুসুমগীগুম্না শ্যাম ওই ( মুরৈনৈ )।

শ্রীকৃষ্ণদি ভগবান্নী হায়বসি মমাঙদা হায়থিবা আসন্ বর্ণাস্ত্রয়ঃ-নচিংবা শ্লোক অদুগী যথাশ্রুত অর্থদগী খঙবা ঙমদে, মসিগী গূঢ়ার্থদগীদা ( মনুঙগী অর্থদগীদা ) খঙবা ঙম্মী। মসিদা কনাগুম্বনা চিংনবা যাই খন্দুনা মযেক লান্না শ্রীকৃষ্ণদি ভগবান্নী হায়বা তাকপা দ্বাপরে ভগবান্ হায়ব-নচিংবা শ্লোকসি লৌথৎতুনা পল্লিবনী।

## মুল ৩৯

কলি কালে যুগধর্ম্ম—নামের প্রচার।
তথি লাগি পীতবর্ণ চৈতন্যাবতার ॥ ৩৯ ॥

## শব্দার্থ

কলিকালে- কলিগী মতমদা, যুগধর্ম্ম—যুগ অদুগী ধর্ম্ম, নামেব—হরিনামগী, প্রচার—শন্দোকপা, তথি লাগি—মদুগীদমক, পীতবর্ণ—কুচুনাপুগী, চৈতন্য-অবতার—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী অবতারনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলি-কালদা যুগধর্ম্মদি হরিনাম শন্দোকপনী। মদুগীদমক নাপু মচুনা কুচু ওইবা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অবতার তৌবনী।

## মৈনম্নোল

মমাঙগী মূল ৬ পয়ারদ। হায়বা ব্রাদি কল্প অমদা (ব্রহ্মাগী নোংমদা) স্বয়ং ভগবান্না অমুক্তমক অবতার তৌয হায়বসিনী। অদুগা মূল ৩৯ অসিদনা চপ্পমান্নবা কল্পনুংদা য়াওরিবা চতুর্যুগ অমগী মনুঙদা দ্বাপরদা অমুক শ্যামসুন্দর ওইনা অমসু, যুগ অদুগা হেক থংনবা মতুঙগী কলিদা অমুক গৌরসুন্দর ওইনা—অনীরকসে অবতার তৌরে হায়না হায়রি। ব্রাফমসি কান্না চম্থোক্লামী ? মসিগী চম্নবা লৌন্দি অসিনী—বৃন্দাবনলীলা অদুগা নবদ্বীপ লীলা অনীসি তোঙানবা লীলা নত্তে—স্বয়ং ভগবান ব্রজেন্দ্রনন্দনগী লীলা অচৈন অমথক্কী শরুক অনী থোকপদনী। বৃন্দাবনলীলানা মমাঙগী শরুক্কী অদুগা নবদ্বীপলীলানা তুং-তাবা শরুক্কী। উদ্দেশ্য অমা পাঙথোক্লিংদুনা স্বয়ং ভগবান্না লীলা কোঙবীরম্বদো অদুগী অহৌবনা ব্রজদা অদুগা মপুঙ ফাহনবনা নবদ্বীপতনী। লীলা অনীসি তিনসন্নবদা মাগী লীলা মপুঙফাবা হায়রবদো শুইরিবনী। ব্রজলীলা অদুগা নবদ্বীপ লীলাদু গা এমুক্লান-তোঙানবা লীলা অনীদুদনীমা দ্বাপরগী অবতার অদুগা কলিগী অবতারসু তোঙান তোঙানবা অবতার নত্তে—অবতার অমত্তগী ভাব অনী ওইবতনী। শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরদি শ্রীশ্রীশ্যামসুন্দরগী আবির্ভাব বিশেষ অমনা। ব্রজদা লীলাগীদমক হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা নোংমা মাপিতানী ওই, নোংমন যোগী ওই তৌখি নাপিতানীমচিংবা বেশদা শ্রীকৃষ্ণদু ব্রজেন্দ্রনন্দনদগী তোঙানবা অমা নংখিদে, অদুগা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী আবির্ভাব বিশেষ ওইবতনী। মতৌ অদুম্না রাধাগী ভাব (পুকচেন) অমসু কান্তি (কুচু) অনীনা পুন্নবা শ্রীকৃষ্ণগী মহুক গৌরসুন্দরসু ব্রজেন্দ্র নন্দনদগী তোঙানবা অবতার নত্তে, ব্রজেন্দ্রনন্দনগী আবির্ভাব-বিশেষনী। মরমসিনা কল্প অমদা স্বয়ং ভগবান্ন অনীরক অবতার তৌববা হায়না চিংনঙাই লৈতে।

ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌরগা হেক থংনবা কলিযুগ হৌগৎলক্লগা অমুক গৌর ওইনা অবতার তৌবগী মরমদি করিনো হায়রবদো পয়ারসিদা তাক্লি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট ব্রজ লীলাগী উদ্দেশ্যদি রাগমার্গগী ভক্তি প্রচার তৌবনী। "মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদযাজী মাং নমস্কুরু (গীতা ১৮/৬৫ ॥)" হায়বনা চংবা রা অর্জুনদা হায়বগুম হাংরগা রাগানুগাভক্তি চৎনগী শরুক্তা শ্রীকৃষ্ণনা পাঙথোক পীখিবি। সাধন অসিদা সিদ্ধ ওইরগা শ্রীকৃষ্ণগী মতৌ-করম্বগী সেবা কংনদগে হায়বসু ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা

লীলা শাম্নবিদুনা উৎপিখি। মতৌ অসুম্না মহাক্না সাধ্যবস্তুস্পু (পাওথোক্কদবা পোৎসু) অদুগা সাধনস্পু (পাওথোক্কবা লম্বী) উৎপীবয়্নে। অদুবু ব্রজ-লীলাদদি ভক্ত ওইনা সাধন তৌবগী ফিদমদি কবিমতা উৎলমদে অদুগা ব্রজপরিকর শংগী অনুগত ওইদুনা (তুং ইন্দুনা) শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌননবা প্রেম মতাংদা শ্রীকৃষ্ণনা জীব মযামদা পীখিদে। প্রেমসিগা লেপ্যনননা সেবা তৌববদদা রাগানুগা মপূঙ ফানা খঙ্বা হায়বদু ওইগদবনি। জীব মযামদা পীরমদবগী মরমদি দ্বাপরলীলাদদি প্রেমগী থোরব্ফম পূক্নে অদু শ্রীকৃষ্ণগী খুত্তা লৈবমদে মতুংদা মপূঙফাবা অধিকার লৈবদি প্রেমগী অধিষ্ঠাত্রী দেবী মহাভাবস্বরূপিনি শ্রীশ্রীরাধারাণীদদনি। প্রেম অদো জীব খ্বাই মযামদা য়েন্থোক্নবগীদমক শ্রীরাধা চুমক্না ভাব অমসুং কান্তি (কুচু) লৌরগা মহামক্না থম্মোইদুংদা থম্লগা অদুগা শ্রীরাধাগী গৌরকান্তিনা মহাগী শ্যাম কান্তিবু কূপশল্লগা পীতবর্ণ (নাপু মচুগী কুচু) লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা গৌর ওইনা কলিযুগতা অবতার তৌবিখি। জীবদা ব্রজপ্রেম পীবগুনা নবদ্বীপ অবতারগী অমতা ওইনা থোইরবা উদ্দেশ্যনি (পান্দম্না), অদুবু শ্রীরাধাগী ভাবকা কান্তিগা নত্তনদি মপূঙমরৈ ফানা ব্রজপ্রেম পীবা যাদে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী গৌর-কান্তি (অঙৌবা কুচু) অদুনা মহামক্না হকচাঙবু গৌর ওইহল্লগা পীত (নাপুমচুগী) ওইখিবনি।

## মূল ৪০

তপ্তহেম-সমকান্তি — প্রকাণ্ড শরীর।
নবমেঘ জিনি কণ্ঠধ্বনি যে গম্ভীর ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

তপ্ত হেম—মৈদা ইকপা সনা, সমকান্তি—মান্নবা কুচু মঙাল, প্রকাণ্ড—চাউ-শাংবা, শরীর—হকচাং, নব-মেঘ—অনৌবা নোং, নোংহৌ, জিনি—ঙমজনা, কণ্ঠধ্বনি—খোঞ্জেল, যে—মদু, গম্ভীর—লূম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না (শ্রীচৈতন্যগী) চাউ-শাংলবা দেহতুগী কান্তিদি মৈয়িক্লিঙৈদা ঙানুবা সনাগী মঙালমূক ঙাই। মাগী থম্নাওগী খোঞ্জেল্না নোংহৌবু ঙমজনা লূম্মী।

## মূল ৪১

দৈর্ঘ্য-বিস্তারে যেই আপনার হাথে।
চারিহস্ত হয় মহাপুরুষ বিখ্যাতে ॥ ৪১ ॥

## শব্দার্থ

দৈর্ঘ্য শাংবদা, বিস্তাবে—পাক্পদা (দৈর্ঘ্য-বিস্তারে—মরাক মযুংদা), যেই—মত্ত, আপনাব - মছাগী ; হাথে—খুৎতা, চারি - মরি, হস্ত—খুদূপ, হয়—ওই, মহাপুরুষ—অচৌবা মী, বিখ্যাতে—ফাওবা (ওই)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মছামকী খুৎতা মরক-মযুংদা খুদূপ মরি য়াংবা মীদি মহাপুরুষনী হায়না খঙনৈ।

## নৈনরোল

চপ তিংনা লেপ্পগা খুদোন্দগী কোক্-ন-ফাওবা মাগী খুদূপ্পা ওনবদা খুদূপ মরি শাংলবা অদুগা মথুৎ অনী তিংথোক্লগা থম্লগন্থু খুৎ অমগী খুৎয়াই মতোন্দগী অতোপ্পা খুৎকী খুৎয়াই মতোন-ফাওবন মাগী খুদূপ্পা ওনবদা খুদূপ মরি ওইরবদি, মী অদু মহাপুরুষনী হায়না সিংচৎলী, মরমদি অসিগুম্বা হকচাঙদি মীচম কনাগীস্থু ওইদে। অস্তুক চাউবা হকচাঙবু প্রকাণ্ড শরীর কৌয়ি, অদুগা ন্যগ্রোধ-পারিমণ্ডল হায়নস্থু কৌযি।

## মূল ৪২

'ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল' হয় তার নাম।
ন্যগ্রোধ-পরিমণ্ডল-তনু চৈতন্য গুণধাম ॥ ৪২ ॥

## শব্দার্থ

ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল—ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল হয়-ওই, তার—মহাকী, নাম—মিং; ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল-তনু—ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল হকচাঙনা মাগী ওইবা অদুগুম্বা মহাক; চৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, গুণধাম—শীঙনাইদবা গুণগী ভূণ্ডকম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুংগী মীবু 'ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল' হায়না কৌই। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু গুণখিবিক্কী তুংগফম ওইবদো ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল অমগী হকচাং পানবনী।

### নৈনরোল

**ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল** কদায়বু কৌবগে হায়বত্ত মল পয়ারগী ৪১ গী নৈনরোন্দা তাকখ্রে।

### মূল ৪৩

আজানুলম্বিতভুজ কমললোচন।

তিলফুলজিনি নাসা সুধাংশুবদন ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

আজানুলম্বিতভুজ খকুউ ফাংবা চোনবা পাম্বোম, কমললোচন —থম্বাল মিত্তা-তাবা, তিলফুল—থোয়দাংও মপাল, জিনি—উমজবা, নাসা —নাতোন, সুধাংশুবদন—মায়থোংগনা থাজ মানবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী পাম্বোমদি খুকুউ যৌনা চোংহে, মীৎস্নানা থম্বালগুম্মী নাতোন্না থোয়দাংও মপালবু উমজে অদুগ। মায়থোংগনা লোইতাম্ থাজমুক ফজে।

### মূল ৪৪

শান্ত, দান্ত, কৃষ্ণভক্তিনিষ্ঠাপরায়ণ।

ভক্তবৎসল, সুশীল, সর্ব্বভূতে সম ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

শান্ত -ঈংবা, তপ্পা, পাখত্তবা, দান্ত—ইন্দ্রিয়-খুদুম চনবা, কৃষ্ণ-ভক্তিনিষ্ঠাপরায়ণ— কৃষ্ণনীংবদা মপুং মবে ফানা মায়ওন্সল্লবা; ভক্তবৎসল —ভক্তবু মচাগুম্না চানুবীবা, সুশীল—লমচৎ-ফজবা, সর্ব্বভূতে—জীব পুম্বদা, সম—মান্ননা চৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক (শ্রীচৈতন্য) ঈংনা তপ্পী, ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লী, কৃষ্ণভক্তিদা

মপূঙ ফানা মায়ঙনসল্লী , ভক্তবু চানবী, লমচৎ ফজৈ, অমস্মুং জীব পূন্নমক্কী মফমদা চপ মান্নবা চংলী।

**মূল ৪৫**

চন্দনের অঙ্গদবালা চন্দন-ভূষণ ।
নৃত্যকালে পরি করেন কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন ॥ ৪৫ ॥

**শব্দার্থ**

চন্দনের—চন্দনগী অঙ্গদ—পাম্বোম-ফাবী , বালা—খুজি , চন্দন ভূষণ—চন্দন্না হকচাঙ পূম্বদা তৌবা লৈতেং , নৃত্যকালে—জগোই শাবা মতমদা পরি—থিন্দুনা ( চন্দনগী লৈতেং তৌদুনা ) , করেন—তৌবি , কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন—মযাম তিল্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নাম রূপ গুণ লীলানচিংবা শক্ শোনবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

চন্দনগী পাম্বোম-ফাবী অমস্তং খুজিনা লৈতেংলম্মী অতুগা চন্দন থিন্দুনা অঙ্গ পূন্নমক ফজহনল্লম্মী। লৈতেং মযামসি তৌদুনা মহাক্কা শ্রীকৃষ্ণ-সঙ্কীর্ত্তন তৌরম্মী ।

**মূল ৪৬**

এই সব গুণ লঞা মুনি বৈশম্পায়ন ।
সহস্রনামে কৈল তাঁর নামের বর্ণন ॥ ৪৬ ॥

**শব্দার্থ**

এই সব—অসি পূন্নমক , গুণ—মতীক ময়াই , লঞা - লৌখৎতুনা , মুনি—মুনি , বৈশম্পায়ন—বৈশম্পায়ন , সহস্রনামে—বিষ্ণু সহস্রনামদা , কৈল—তৌরম্মী , তাঁর—মহাক্কী , নামের—মিংগী , বর্ণন—শীঙথাবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

গুণ থিরিক অসি লৌখৎতুনা বৈশম্পায়ন মুনিনা বিষ্ণুসহস্রনামদা মহাক্কী ( শ্রীচৈতন্যগী ) মিং শীঙথারম্মী ।

## মৈনরোল

মহাভারত মহাকাব্যগী মনূঙদা বিষ্ণুগী মিং লীশীঙ অমু থীরদা বৈশম্পায়ন মুনিনা মথক্তা হাযখিব। শ্রীচৈতন্যগী গুণখিবিক নীঙশীঙনুনা গুণশিংদুগী মতূঙ ইমবা মীঙসু হাপ্লম্মী। শ্রীচৈতন্যগী গুণদি শীঙলাক-ঙমদবনী, অমুবু মযামদুগী মবক্তগী ও ণ নীপানখক্তং লৌখৎলগা বৈশম্পাযন মুনিনা শ্রীচৈতন্যগী মিংলেন নীপান সহস্রনামগী মনূঙদা হাপ্লম্মী। মিং-নীপান্সিগী মনুঙদা মিং মবিদি প্রভুগী আদি লীলাগা মরী লৈনৈ অমুগা মবি অমনা শেষলীলাগা মরী লৈনৈ।

## মূল ৪৭

দুই লীলা চৈতন্যের—আদি আর শেষ।

দুই লীলায় চারি চারি নাম বিশেষ ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

দুই—অনা, লীলা—লীলা, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী, আদি—অহানবা আর—অমুগা, শেষ—অরোযবা, দুই—অনী লীলায—লীলাদা, চারি—মরি, চারি—মরি, নাম—মিং, বিশেষ—থোই দোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলা শরুক অনীনী, মদুদি আদি (অহানবা) অমুগা শেষ (মমৈ)। লীলা অনীগী খুদি মক্তা মাগী মিংলেন মরি মরি থোইদোক্লা পল্লী।

## মূল ৪৮

সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গো বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী।

সন্ন্যাসকৃচ্ছমঃ শান্তো নিষ্ঠাশান্তিপরায়ণঃ ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

সুবর্ণ—(কৃষ্ণ হাযবা) অথোইবা মযেক; বর্ণঃ—বর্ণনা তৌবা মহাক, (সুবর্ণবর্ণঃ—'কৃষ্ণ' হাযবা অথোইবা মযেক অনীসিবু বর্ণনা তৌবা মহাক), হেম-অঙ্গঃ—মহাক্কী কুচুদি সনা অহিংবা মচুগী ওইবা,

বর-অঙ্গঃ—খ্বাইদগী হেনবা অঙ্গমা মাগী ওইবা চন্দন অঙ্গদী—চন্দনগী পান্থোম-ফাবী শিবা মহাক, সন্ন্যাসকৃৎ—সন্ন্যাসধর্ম্ম চৎপা, শম—পূক্নীং ফাববা, শান্তঃ—ইংবা-তপ্পা, নিষ্ঠাশান্তিপরায়ণ—ভগবানবু চপ-যুংনা নীঙবা অদুগা সংসারদগী হন্দোকপদা পূক্নী লৈশন্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিনামপ্রচারগীদমক 'কৃষ্ণ' হায়বা অথোইবা ময়েক অনীবু মতম পূম্বদা বর্ণনা তৌরি হায়বগীদমক মাগী মিং অমনা সুবর্ণবর্ণ কৌরি মাগী অঙ্গ ( হকচাঙ ) সনা সনাগুম্বা লঙৌ হায়দুনা মিং অমনা হেমাঙ্গ কৌরি খ্বাই মীয়ামগী হকচাঙদগী পুঙহেন হেল্লি হায়দুনা মিং অমনা বরাঙ্গ কৌরি, চন্দনগী অঙ্গদ ( পান্থোমফাবী ) থোল্লী হায়দুনা মিং অমনা চন্দনাঙ্গদী কৌরি সন্ন্যাস লৌরি হায়দুনা সন্ন্যাসী কৌরি, চপযুংনা ভগবান্দা বুদ্ধি লেদুনা পূক্নীঙ ফাবগীদমক মিং অমনা শম কৌরি পাখং তবা অমসু ঙৈ বনী হায়দুনা মিং অমনা শান্ত কৌরি, কৃষ্ণভক্তিদা লৃপ্পী অদুগা সংসারদগী হন্দোকখি হায়দুনা মিং অমনা নিষ্ঠাশান্তিপরায়ণ কৌখি।

## নৈনরোল

শ্লোকসি মহাভারতকী মনূঙদা যাংবা বিষ্ণুসহস্রনামস্তোত্রদগী লৌ-থোকখকপনী (মহা ১২৭/৭৫)। সুবর্ণবর্ণ, হেমাঙ্গ, বরাঙ্গ অদুগা চন্দনাঙ্গদী হায়বা মিং মখিসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী আদি লীলাগা মরী লৈনবা মিংনী। সন্ন্যাসী, শম, শান্ত অদুগা নিষ্ঠাশান্তিপরায়ণ হায়বা মিং মখিসিনা প্রভুগী শেষ লীলাগা মরী লৈনবনী।

## মূল ৪৯

ব্যক্ত করি ভাগবতে কহে আরবার।
কলিযুগে ধর্ম্ম—নামসঙ্কীর্ত্তন সার ॥ ৪৯ ॥

## শব্দার্থ

ব্যক্ত করি—তশেংনা ফোঙদোকুনা, ভাগবতে—ভাগবত কৌবা লাইরীক্তা; কহে—হায়, আর বার—অমুকস্তু; কলিযুগে—কলিযুগদা, ধর্ম্ম—ধর্ম্মদি, নামসঙ্কীর্ত্তন—হরি মিংলোন শোন্নবনা; সার—মচিনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুকস্তু শ্রীমদ্ভাগবতমদা ফোঙনা তশেংনা হায়রি—কলিযুগদদি নাম-সঙ্কীর্ত্তন হায়বতুনা মচি ওইবা ধর্ম্মনী।

## তৈনমরোল

কলিযুগদা শ্রীচৈতন্যনা অবতার তৌরি হায়বস মহাভাবতকী শ্লোক অদুদা শেংনা ফোঙদদবগে যুক্তি প্রমাণনা খণ্ডনতনী। অদুগা শ্রীমদ্ভাগবত-তমদদি বাফমস শেংনা হায়দে। কলিযুগদা কুচু নাপুগী শ্রীচৈতন্যনা অবতার তৌরি অদুগা সঙ্কীর্ত্তন তৌদুনা মহাকপু লাৎকদবনা হায়বা বাফম্সি শ্রীমদ্ভাগবতমদা শেংনা যা সি মক্ষা পযাবসিনা তাক্লী।

মী মযাম পুল্লপ তিন্দ শেংন-হোৌনা কীর্ত্তন তৌববু সঙ্কীর্ত্তন কৌযি। ক্রমসন্দর্ভনা (১১।৫।৩২।) হায়দি—**সঙ্কীর্ত্তনং বহুভির্মিলিত্বা তদ্-গানসুখং শ্রীকৃষ্ণগানম্।** মদুমসিদা তদগান হায়ববা শব্দসিন। খণ্ডন গদবদি শ্রীগৌরকীর্ত্তনবন হায়ম তৌদুনা অহানবদা শ্রীশ্রীগৌরকীর্ত্তন তৌবগা অদুগী তুংদা শ্রীশ্রীকৃষ্ণকীর্ত্তন তৌববদ কীর্ত্তন অদুবু সঙ্কীর্ত্তন কৌযি।

প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীমদভাগবতনগী শ্লোক পল্লী।

## মুল ৫০

ইতি দ্বাপর উর্ব্বীশ স্তুবন্তি জগদীশ্বরম।
নানা তন্ত্রবিধানেন কলাবপি যথা শৃণু ॥ ৫০ ॥

## শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না, দ্বাপরে—দ্বাপরদা, উর্ব্বীশ—মালেমগী মবুংঙো, স্তুবন্তি—স্তবপূজা তৌযি, জগদীশ্বরম—জগৎকী মপুবু, নানাতন্ত্রবিধানেন—মখলমখা অয়াম্বা তন্ত্রগী নিযমনা, কলৌ—কলিদা, অপি—সু, যথা—মতুংম্না, শৃণু—নাকোঙনা তাবিযু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, (বৈবস্বত—মন্বন্তরগী ২৮ শুবা চতুর্যুগগী) দ্বাপবদা মতৌ অসুম্না (নমস্তে বাসুদেবায-নচিংবা শোন্দুনা) জগৎকী মবুংঙোবু

মী পূম্নমক্না স্তুতি তৌজে। মথল মথাগী তন্ত্রগী বিধান মতুঙ ইন্না (বৈবস্বত মন্বন্তরগী ২৮-শুবা চতুর্যুগগী কলিযুগদস্থ মতৌ অতুগুম্না ( স্তুতি পূজা ) তৌযি। ( মতু হায়গে ) তাবিযু।

## নৈনরোল

মফমসিদা উর্ব্বীশ ( পৃথিবীগী মপু ) হায়রিবসি নিমি মহারাজাদা নবযোগেন্দ্রগী মনুঙদা শ্রীকরভাজন কৌবা অমনা যুগ-যুগগী অবতার-নচিংবগী বা হাযবদা হাযখিবনী। দ্বাপরযুগগী ব্রা হাযবগা হেক থ৲নবা কলিযুগগী বাস্থ হাযথবম্মী মথাগী শ্লোক অসিনা।

## মূল ৫১

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম।

যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধস ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণবর্ণম—কৃ ১স্থ৲ ষ্ণ হাযবা ময়েক অনাসিবু শোনবা মাবু, ত্বিষা —মঙান্না ( কান্তিনা ), অকৃষ্ণম—মুদবা মাবু, সাঙ্গ-উপাঙ্গ অস্ত্র-পার্ষদম—অঙ্গ ( হকচাঙগী কাযাৎ ), উপাঙ্গ ( কায়াৎকী কাযাৎ ), অস্ত্র ( খুৎলাই ), পার্ষদ ( মনুঙ হনজন্না লোযনবা )—মখোয়গা লোয়নরিবা মাবু, যজ্ঞৈঃ—যজ্ঞনা, সঙ্কীর্ত্তনপ্রায়ে—সঙ্কীর্ত্তন্না নম্নবা, যজন্তি—পূজা তৌযি, হি—লেপ্পমক, সুমেধস—বুদ্ধি-চঙখোনবশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বুদ্ধি-চঙখোনবা মীতাশিংনা সঙ্কীর্ত্তন্না মরু ওইবা যজ্ঞ তৌদুনা অঙ্গ-উপাঙ্গ-অস্ত্র অমস্ত৲ পার্ষদশিংগা লোযনবিবা গৌরকান্তিনা লৈতেং লবা অতুগা কৃগা ষ্ণগা মযেক অনী সবু শোল্লিবা মাবু ( ভগবানবু ) ইভাং-পূজা তৌযি।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণবর্ণ** শব্দগী অর্থ কুচুমুবা মী হাযনা হনবস্থ য়াই, মতু ওইববদি কলিগী অবতারদো নন্দ-নিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণচুনী হাযনা খঙনবা তাই মরমদি মাগী বর্ণদি কৃষ্ণনী ( অমুবনী ) হাযনৈ, কলিযুগ খুদিংগী ওইরিবা অবতারস্থ অমুবা কুচুগীনী, মরমঙ্না শ্লোকসিগী কৃষ্ণবর্ণ শব্দনা কলিযুগ

খুদিংগী ওইরিবা অবতারতুনা হায়কম থোকয়ি হায়বা যাইনা হায়বা রাহং অম। মাকপা অাই । অদুবু মতুদি যারোই । কলিযুগ খুদিংগী ওইরিবা অবতারগী কুচু মুই হায়রবা চুম্মী, অদুবু মহাক্কী কান্তিস্ত মুই, মুদবা নত্তে, মহাক্কা অতোপ্পা অমগী কান্তি লৌকরবনু অকৃষ্ণ ( মুদবা ) হায়বদি পীত ( নাপু ) ওইবা ওমদে । মরমদি শক্তিগা শক্তিমানগা ( শক্তিচগী মপুগা ) খেন্নদব। মরম্মা শক্তিচুগী কান্তিনচিংবহু মাগী ওইবা শক্তিমান্দুতনা লৌবা ওম্মী অতোপ্পনা লৌবা ওমদে । শ্রীরাধাগী ভাব অমসুং কান্তিবু শাগোল্লক্যি হায়বনা কলিদ শ্রীকৃষ্ণগী কান্তিদু অকৃষ্ণ (মুদবা) হায়বদি পীত (নাপু) ওই রিবনী শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী ভাব কান্তি লৌশনবা ওয়্রিবনী। শ্রীরাধাদি যুগাবতার কৃষ্ণগী শক্তি নত্তে মরমদুনা যুগাবতার কৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী কান্তি লৌরগা পীতবর্ণ ( নাপু মচগী ) ওইবা ওমদে । মরমশিনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা কৃষ্ণবর্ণ হায়বা শব্দনা নন্দনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণবু হায়বিবনী ।

নত্রগা কৃষ্ণবর্ণ শব্দগী অতোপ্পা অর্থ অমসু ওইবা যাই । কৃষ্ণবু বর্ণনা (কৃষ্ণগী মরমদা হায়বা) তৌযি হায়দুনা মহাকপু কৃষ্ণবর্ণ হায়রিবনী । কলি-যুগগী অবতারদা হরিনাম প্রচার তৌবগীদমক মতম পূম্বদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না শোল্লী, জীবশী মফমদা ভগবানগী মহিমা কীর্ত্তন তৌবগীদমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রূপ (শক-চু , গুণ ( মতৌক মযাই ), লীলানচিংববু বর্ণন তৌযি , মতৌসুম্না মহাক্না কৃষ্ণবু বর্ণন তৌযি হায়বগীদমক মহাকপু কৃষ্ণবর্ণ কৌবা যাই ।

নত্রগা কৃষ্ণ শব্দগী কৃ অমসুং ষ্ণ হায়বা বর্ণ ( মযেক ) অনীসি মতম পূম্বদা চৌন্দা পক্নুনা লৈ হায়দুনা মহাকপু কৃষ্ণবর্ণ ( মহাক মতম পূম্বদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ জপ তৌয়ি ) হায়বিবনী ।

মহাক্কী কান্তিদি অকৃষ্ণ নী হায়বদি মুদবনী । আসন্ বর্ণাঃ-নচিংবা শ্লোক অদুদা হন্দক্কী কলিগী অবতারদি নাপুগী কুচুনী , মরমদুনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা অকৃষ্ণ শব্দনা নাপু মচুবু হায়রিবনী । অদু ওইরবদি, ( কৃষ্ণবর্ণ শব্দগী অহানবা মওংগী অর্থ মতুঙ ইন্না ) হন্দক্কী অবতারগী মচুদি অমুবনী , অদুবু মাগী দেহগী কান্তিদি নাপুনী । থাইগীদি, মাগী কুচু কুচুগী মতোংম্না মঙালসু অদুম ওই, অতোপ্পা মচুগী ওইদে । অদুবু কলিগী অবতারনা অমুবা মচুগী ( কৃষ্ণবর্ণ ) ওইনা ওইনা মাগী মঙাল ( জ্যোতি ) অদু নাপু ওই হায়রে, অদুনা থঙহৈলিবদি নাপু মচুদু মাগী

মরম্নাইগী পোৎ নত্তে হায়বনী, মচু অতোপ্পা অমগীনী - নাপুমচুনা মাগী স্বরূপ ওইবা কনাগুম্বা অমদগী লৌবকপনী। তশেংবমক্তু স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী হুংশিথোইবী সনা অহিংবগী কুচুনা ঙৌজবী শ্রীরাধা-রাণীগী কান্তি লৌদুনা গৌর ( ঙৌবা ) হায়বদি পীত ( নাপু ) ওইরিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী পীত মচুগী কান্তি মরঙ ) অসি রাধাগী কান্তিগা পূনবদগী ওইবনী। মাগী মছামক্কী অমুবা মচুদো মনুঙদা লৈ, মপান্থোংগী কান্তি অদুদা পীত ( নাপু ) হায়বদি গৌর ( অঙৌবা ) ওইবনী। মহাক্তি অন্তঃ কৃষ্ণ বহির্গৌর ( মনুঙ -মু মপান-ঙৌ ) ওইবনী।

মথক্তা হায়খিবা কৃষ্ণবর্ণগী অকোনবা অর্থ অনীদুগী মতুঙ ইল্লগা ওইগদবা তাৎপর্য্যদি অসিনী—মহাক্কী কান্তিদু পীতবর্ণনী, মহাক মতম পুম্বদা কৃষ্ণগী রূপ-গুণ লীলানচিংবা বর্ণন তৌয়ি, নত্রগা মতমপুম্বদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না জপ তৌযি।

সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদ—খোঙ-খুৎপু অঙ্গ (কাযাৎ) কৌয়ি। খুৎচানচিংববুনা উপাঙ্গ ( কায়াৎকী কাযাৎ ) কৌযি। ফিজেৎ লৈতেংনা অঙ্গগী ফজবা হেঙ্গৎহনবগুম শ্রীমন মহাপ্রভুগী থমথেংনা পূর্ব্বোক্ত হূনঙাই ওইরবা উপাঙ্গ-নচিংবনা অঙ্গগী ফজবা হেঙ্গৎহল্লম্মী, মরমদুনা উপাঙ্গ-নচিংবদু মহাক্কী লৈতেংগী মছক্কী। অস্ত্রদি চক্রনচিংবনী। পার্ষদ হায়বনা পরিকরনী ( লোইনশিংনী )। চক্রনচিংবা খুৎলাইনচিংবনা শ্রীভগবান্না অয়াম্বা মতমদা অসুরশিংবু হাৎলী, মহাক্কী পার্ষদশিংসু অস্তর হাৎপা পাঙথোক্নবা থৌশিল্লী। অদুবু হন্দক্কী কলিযুগগী অবতার শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী অঙ্গ-উপাঙ্গশিংগী মপাঙ্গল কয়ামুক কনবগে হায়ববু মখোযগী ফজবদু উবদা অসুরশিংনা হিংচাবগী পূকচেল থাদোক্নুনা প্রভুবু দর্শন তৌবনে অদুগা প্রভুগী মুখদা হরিনাম শ্রবণ তৌবনে অনীদুগী ফল ওইনা ভগবানবু প্রেম তৌবা ( হুংশিবা ) হৌযি। মতৌ অসুম্না অঙ্গ-উপাঙ্গশিংনা খুৎলাই অমসুং পার্ষদগী মথৌ তৌবা মরম্না—অসুরশিংগী অসুর পূকচেল মাঙ-খিবনা—প্রভুগী অঙ্গ-উপাঙ্গবু অস্ত্রনী (খুৎলাইনী) অমসুং পার্ষদনী (লোইন্নী) হায়রিবনী। অঙ্গগা উপাঙ্গগনা মহাক্কী অস্ত্র অমসুং পার্ষদ ওইরিবা অদুগুম্বা মহাক, অঙ্গ অমসুং উপাঙ্গগী মছক ওইবা অস্ত্রগা পার্ষদগা লোযননা লৈবা মহাক অদুবু সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র-পার্ষদনী হায়রিবনী।

নত্রগা, ব্রজগী ভাব-তা লুপ্তুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভুদি মতম পুম্বা মী-পোং

লৈতবা অচীকপা মফমদা লৈগল্লী হাযত্তুনা মাগী নাক্তা মাগী অঙ্গগা উপাঙ্গগা নত্তুনা কনামতা লৈতে হাযত্তুনা, মাগী অঙ্গ অমসু, উপাঙ্গনা পার্ষদগী মতৌগুম মগাক্কী নাক্তা মতমপূম্বদা লৈ হায়ত্তুনা অঙ্গ উপাঙ্গশিংবু প্রভুগী পার্ষদনী হাযবিবনী।

নত্রগা, শ্রীঅদ্বৈতাচর্য্যনচিংবা পরিকরশিংবু ( লোইন-খম্‌যিনশিংবু ) মযমসিদা পার্ষদ শব্দনা খঙহল্লী।

**যজ্ঞ** গী অর্থ পূজাগী উপকরণ ( পোৎচঙ ) হাযবনী। **সঙ্কীর্ত্তন-প্রায়যজ্ঞ**—সঙ্কীত্তন মরু ওইবা পূজাগী পোৎলম্নী, পূজাগী পোৎলম লৈবিবা মযামত্তুগী মবক্তা সঙ্কীর্ত্তন হাযবসিনা শ্রীমন মহাপ্রভুগী পূজাগীদি পুঙথোই থোইবা পোৎচঙনী, সঙ্কীর্ত্তন্দনা পেভুনা পুঙপেল পেল্লী. মরমসিনা সঙ্কীর্ত্তন না মরু ওইবা পূজাগী উপকরণত্তনা মহাকপু পূজা তৌগদবনী হাযবিবনী। চাওরাকপা রা হাযববু শ্রীমন মহাপ্রভুগী পূজাগী পোৎলম অতৈ লৈবা য়াই, করিগুম্বা মতমদা করি করিগুম্বা পোৎলম থোইদোকপা মরমদগী রাংপস্ত যাওবি, অত্তুবু সঙ্কীর্ত্তনদি কবিগুম্বা মতমদা রাংপা যাদে।

**সুমেধা** গী অর্থদি বুদ্ধি-চঙখোনবা মী হাযবনী। **শ্রীমন মহাপ্রভুবু** ভজন তৌবদা মক্তবা ব্রজপ্রেম ফংবা য়াই,—ব্রজপ্রেমদগী হেনবা পায়ঙাই পোৎ-অতৈ অমা লৈতে। মরমত্তুনা, মহাপ্রভুনা পেনগদবা পূজাগী পোৎলম ( সঙ্কীর্ত্তন ) হাযবসিনা মহাপ্রভুবু ভজন তৌবিবা মীশিংত্তুগী বুদ্ধিবু কর ভাজন-ঋষিনা থাগৎলগা মখোযবু সুমেধা ( বুদ্ধি-চঙখোনবা ) হাযনা কৌরিবনী। মসিনা তাক্লিবদি—শ্রীমন্ মহাপ্রভুবু পূজা তৌদবশিং, ভজন তৌরবস্থ সঙ্কীর্ত্তন না মরুওইবা পোৎলম্না পূজা তৌদ্রবশিং, মখোযদো সুমেধা নত্তে, অহোইনত্তুম কুমেধানী ( বুদ্ধি-ফত্তবা মী ) হাযবা য়াই।

বৈবস্বতমন্বন্তরগী ২৮ শুবা চতুর্যুগগী কলিযুগদা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা ( অন্তঃকৃষ্ণ বহির্গৌর ওইনা ) স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবকপগী রাসি ময়েক শেংনা শ্রীমদ্ভাগবতমদা পল্লী হাযবত্তু নৈনরিবা শ্লোকসিনা উৎলে।

**মূল ৫২**

শুন, ভাই, এই সব চৈতন্যমহিমা।
এই শ্লোকে কহে তাঁর মহিমার সীমা॥ ৫২॥

### শব্দার্থ

শুন—নাকোঙনা তাবিয়ু, ভাই—হে ইচিন্ ইনাওশা, এই- মসি, সব—পুম্না, চৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, মহিমা—মতীক মগুণ, এই শ্লোকে—শ্লোক অসিনা, কহে—হাযরি, তার—মহাক্কী, মহিমার—মতীকমগুণগী, সীমা - ওমথৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে-ইচিন-ইনাওশা। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মহিমা পুম্বসি নাকোঙনা তাবিয়ু। শ্লোকসিনা মহাক্কী মহিমাগী ওম্থৈদু তাক্লী।

### মুল ৫৩

'কৃষ্ণ' এই দুই বর্ণ সদা যাঁর মুখে।
অথবা কৃষ্ণকে তেঁহো বর্ণে নিজ সুখে ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—কৃষ্ণ, এই—মসি, দুই—অনী, বর্ণ- মযেক, সদা—মতম পুম্বদা, যাঁর—মহাক্কী, মুখে- চীন্দা, অথবা—নত্রগা কৃষ্ণকে—কৃষ্ণবু, তেঁহো—মহাক্না, বর্ণে—বর্ণনা তৌযি, নিজ—মছাগী, সুখে—নুংঙাইবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'কৃষ্ণ' হায়বা মযেক অনিসী মতম পুম্বদা মচীন্না শোল্লী নত্রগা কৃষ্ণবু মহাক্না নুংঙাইনা বর্ণনা তৌয়ি।

### তৈনবোল্

শ্রীকৃষ্ণগী নাম ঙাঙবদা যাম্না নুংঙাই হাযবগী রানী। শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা অমু লীথরকপা মতমদা য়েৌনা নুংঙাই, অদুনা শ্রবণ তৌরিবা মীশু য়াম্না নুংঙাইবকুনা নাম-গুণ-লীলানচিংবা শক্-শোন্নবগী মিহৌবা হান্নবদু মখোয়গী ওইরকয়ি।

### মুল ৫৪

কৃষ্ণবর্ণ-শব্দের অর্থ দুই ত প্রমাণ।
কৃষ্ণবিনু তাঁর মুখে নাহি আইসে আন ॥ ৫৪ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণবর্ণ-শব্দের—কৃষ্ণবর্ণ হায়বা শব্দগী ; অর্থ—বাহন দুই—অনী, ত—লেপ্পমক, প্রমাণ—খুদম, কৃষ্ণ বিন্দু—কৃষ্ণ নত্তনা, তাঁর—মাগী, মুখে—চীন্দা, নাহি আইসে—লাক্তে, আন—অতোপ্পা অম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণবর্ণ হায়বা শব্দসিগী অর্থ অনী লৈ। কৃষ্ণ নত্তনা অতে অমা মাগী চীন্দগী থোক্তে।

### মূল ৫৫

কেহো তাঁরে বোলে যদি কৃষ্ণবরণ।

আর বিশেষণে তার করে নিবারণ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

কেহো—কনাগুম্বনা তাঁরে—মহাকপু, বোলে—হায়, যদি—বদি; কৃষ্ণবরণ—অমুবা কুচু, আর—অতোপ্পা, বিশেষণে—বিশেষণা, তার—মাগী, করে—তৌই, নিবারণ—থিংবা, (করে নিবারণ—থিংজী)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা মহাকপু অমুবা মচুগীনী হায়গে তৌববদা থংনবিবা বিশেষণ অমনা ('ত্বিষাকৃষ্ণ' হায়বসিনা) মহাকপু থিংজী।

### নৈনরোল

কলিযুগগী অবতার ওইবিবা মহাপ্রভুবু কৃষ্ণবর্ণ হায়বদি মুই হায়গে হায়না হেক তৌরকপদা ত্বিষা—অকৃষ্ণ (কান্তিদো মুদবনী) হায়বা বিশেষণ শব্দসিনা মুই হায়বদু বাদে হায়না থিংজী।

### মূল ৫৬

দেহকান্ত্যে হয় তেঁহো অকৃষ্ণবরণ।

অকৃষ্ণবরণে কহে পীতবরণ॥ ৬৫ ॥

### শব্দার্থ

দেহকান্ত্যে—হকচাঙ মতাঙা (কান্তিনা), হয়—ওই; তেঁহো—

মহাক, অকৃষ্ণববণ মুদবা-কুচু, অবৃষ্ণববণে—মুদবা-মচুবু, কহে—হায়, পীতববণ—সমা-অ,হিংবা-মচু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙগী কান্তিগী ৱা হায়বগদি মহাক্তো কুচু মুদবনী। কুচু মুদবা হায়বগী অর্থদি সমা অহিংবা মচুগী কুচুনা হায়বনী।

মূল ৫৭

কলৌ যং বিদ্বাংসঃ স্ফুটমভিযজন্তে দ্যুতিভবা
দকৃষ্ণাঙ্গং কৃষ্ণং মখবিধিভিবৎকীর্ত্তনময়ৈঃ।
উপাস্যঞ্চ প্রাহুর্যমখিলচতুর্থাশ্রমজুষাং
সদেবশ্চৈতন্যাকৃতিরতিতবাং নঃ কৃপয়তু ॥ ৫৭ ॥

শব্দার্থ

কলৌ—কলিদা, যম—মহাকপু, বিদ্বাংসঃ—পণ্ডিতশিংনা (অখণ্ড অহৈশিংনা), স্ফুটম্—অবতাব তৌবিবববু, অভিযজন্তে—লাৎলী, দ্যুতিভরাৎ—কান্তিনা হামনখিবনা, অকৃষ্ণ-অঙ্গম—কুচু-মুদবব, কৃষ্ণম্—শ্রীকৃষ্ণবু, মখবিধিভিঃ—যজ্ঞগী নিয়মা উৎকীর্ত্তনময়ৈঃ—খোলহৌবা সঙ্কীর্ত্তনা মরুওইবা উপাস্যম—লাৎনঙাই, চ—সু প্রাহুঃ—হায়বৈ, যম—মহাকপু, অখিল চতুর্থাশ্রমজষাম—মবিশুবা আশ্রমদা লৈবশিং (সন্ন্যাসীশিং) পূমমক্কী, সঃ—মহাক, দেবঃ—শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা, চৈতন্যাকৃতি চিন্ময়, অতিতবাম—যাম্না হেন্না, নঃ—ঐখোয়বু, কৃপয়তু—কৃপা তৌশনু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(বৈবস্বত—মন্বন্তরগী ২৮-শুবা চতুর্যুগগী) কলিযুগদা অবতার তৌবিবা অতুগা কান্তিনা হামনখিবনা গৌরবর্ণ (অঙৌবা কুচু) ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণ মহাকপু পণ্ডিত ওইবা মীশিংন খোলহৌ সঙ্কীর্ত্তন-না মরু-ওইবা যজ্ঞ তৌদুনা ইডাৎলী। অতুগা মহাকপু সন্ন্যাসী পূমমক্কী লাৎনফম্নী হায়না হায়রিবৈ, অতুগুম্বা চিন্ময় ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা ঐখোয়বু কা-হেন্না চান্‌বিবা ওইশনু।

মৈলনবোল

শ্লোক অসি শ্রীরূপ গোস্বামী-না লেংবা স্তবমালাদগী লৌথোকপনী।

চৈতন্য-আকৃতি শব্দগী অর্থদি চৈতন্যতনা মাগী দেহ শাবা হায়বদি চিন্মূর্ত্তি হায়বনী। মাগী আকৃতিদা চিং নম্ভবা করিমতা য়াওদে, হায়বদি প্রাকৃত ওইবা করিমতা যাওদে। অদুমা মহাশক্তি সচ্চিদানন্দ-ঘন মূর্ত্তি নী। নত্রগা চৈতন্য কৌবা মিংগী মূর্ত্তিনা মাগী ওইব — অর্থসিদ্ধ ওইবা য়াই। মাগী মমং শ্রীচৈতন্য কৌবা মহাক, হায়বদি শচীদেবীগী মপারি হায়রিবনী।

## মূল ৫৮

প্রত্যক্ষ তাঁহার তপ্তকাঞ্চনের দ্যুতি।
যাহার ছটায় নাশে অজ্ঞান—তমস্ততি ॥ ৫৮ ॥

## শব্দার্থ

প্রত্যক্ষ— তশেংনা উৎনা মতু ইন্না, তাঁহার— 'কৃষ্ণবর্ণং' শ্লোক অদুদা হায়রিবা শ্রীমন মহাপ্রভুগী, তপ্তকাঞ্চনের—মৈদা ইরুবা সনাগী দ্যুতি —মঙাল (কান্তি) যাহার—মদুগী, ছটায—মঙান্না, নাশে—মাঙওী, অজ্ঞান-তমঃ—খঙদবা কৌবা অমম্না, ততি—মপৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কীদি মৈদা ইরুবা সনাগী মঙালগুম্না তশেংনা লংলবা কান্তিনী। মঙাল্দুনা খঙদবা ( অজ্ঞান ) হায়বদুগী মছক ওইবা অমম্বু তাম্থোকফি।

## মূল ৫৯

জীবের কল্মষ-তমো নাশ করিবারে।
অঙ্গ উপাঙ্গ-নাম নানা অস্ত্র ধরে ।। ৫৯ ।।

## শব্দার্থ

জীবের—জীবগী, কল্মষ পাপকী থবক, তমঃ—অমম্না, নাশ করিবারে—মাঙহন্নবা হায়দুনা, অঙ্গ উপাঙ্গ নাম—অঙ্গ অমসুং উপাঙ্গ কৌবা, নত্রগা অঙ্গ উপাঙ্গ অমসুং হরি-কৃষ্ণনচিংবা মিং। নানা—মথল মথাগী, অস্ত্র—খুৎলাই, ধরে—পায়।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবগী পাপ-কর্ম্মগী মছক ওইবা অমম্বু মাঙহন্নবা হায়দুনা অঙ্গ, উপাঙ্গ অমদি হরি-কৃষ্ণনচিংবা খুৎলাই মথল মথল পায়।

মূল ৬০

ভক্তির বিরোধী কর্ম্ম-ধর্ম্ম বা অধর্ম্ম।

তাহার 'কল্মষ' নাম, সেই মহাতমঃ ॥ ৬০ ॥

শব্দার্থ

ভক্তির—ভক্তিগী, বিরোধী—য়েক্নবা কর্ম্ম—থবক, ধর্ম্ম ধর্ম্মগী ওইবা, বা—নত্রগা, অধর্ম্ম- ধর্ম্ম নত্তবা, তাহার—মাগী, কল্মষ—পাপকী থবক, নাম—মিং, সেই—মতুমক, মহাতমঃ—অমম্বা অচৌবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিগা য়েৎনবা থবক্তি ধর্ম্মগী ওইরবসু নত্রগা অধর্ম্মগী ওইরবসু মাগী মমিং 'কল্মষ' (পাপ) কৌয়ি, মতুমক অমম-চাউবা হায়বনি।

নৈনরোল

স্বর্গনচিংবা ভোগ ফংবা যাবা বৈদিক ওইবা থবকসু ধর্ম্ম হায়না কৌনৈ। অদুবসু ইছাগী ইন্দ্রিয় পেম্নবগীনি হায়দুনা ভক্তিগী য়েক্নবা থবক্নী হায। অদুগা মুক্তি ফংননবা হায়দুনা তৌগদবা থবকশিংসু ভক্তিগী য়েক্নবনী। মরমদি ভক্তিনা অচুম্বদবা পোৎস্তি শ্রীকৃষ্ণবু পেনহন্নবা হায়বা অমিতনী। শ্রীকৃষ্ণগী পেম্নবা য়া নত্তবা, ইছাগী ইন্দ্রিয় পেম্নবগীদমক্তা ওইবা, ইছাগী লুংঙাইনবগী ওইবা নত্রগ, ইছাগী অৱাবা কোক্নব ওইবা থবক অদু কদৌঙেদসু ভক্তিগী ওইবা যাদে। ভুক্তিগা মুক্তিগা অনীবু পাম্নিবা থম্মোইদুদা ভক্তিনা শীনা লেঙশিনবিদ্রোই।

মূল ৬১

বাহু তুলি হরি বলি প্রেমদৃষ্টে চায়।

করিযা কল্মষ নাশ প্রেমেতে ভাসায ॥ ৬১ ॥

শব্দার্থ

বাহু—পাম্বোম, তুলি—থাঙদুনা; হরি বলি—হরি শোন্দুনা, প্রেমদৃষ্টে—নুংশিবগী মীৎয়েংনা, চায়—য়েংঙী, করিয়া—তৌদুনা, কল্মষ নাশ—পাপ মাঙহন্নবা, প্রেমেতে—(কৃষ্ণবু) নুংশিবদা; ভাসায়—তাহনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাপ্রোম য়াংনা খাঙ্গৎতুনা 'হরি হরি' লোন্দুনা কৃষ্ণবু মুংশিংবগী মীত্তানা য়েংবিদুনা পাপ মাণ্ডহল্লী অদুগা কৃষ্ণপ্রেমদা ( মী খুদিংবু ) তাউহল্লী।

মূল ৬২

স্মিতালোক. শোকং হরতি জগতাং যস্য পরিতো
গিরান্তু প্রারম্ভ. কুশলপটলীং পল্লবয়তি।
পদালম্ভ. কংবা প্রণয়তি ন হি প্রেম নবহং
স দেবশ্চৈতন্যাকৃতিরতিতরাং ন কৃপয়তু ॥ ৬২ ॥

শব্দার্থ

স্মিত-আলোকঃ—মোমোম্নোক্পা মীৎয়েংনা, শোকম্—বাযনমৈচাক হরতি—মাণ্ডহল্লী, জগতাম্—জগৎকী, যস্য—মহাক্কী, পরিতঃ—মাযকে আকোযবদা গিরাম—বাহৈ পূম্বগী তু—সু, প্রারম্ভ—অহৌবা কুশল পটলীম্—মঙ্গলগী মথৌপু, পল্লবয়তি—লৈশাৎ তমহল্লী, পদ আলম্ভ—মখোঙ পাযবনা, কম্ বা—কনা তমবু, প্রণয়তি—ফংহল্লী, ন—নত্তে, (ন প্রণয়তি—ফংহন্দে), হি—লেপমক, প্রেমনিবহম্—শ্রীকৃষ্ণবু লুংশিবা পূম্বা, সঃ—মহাক দেবঃ—ভগবান্, চৈতন্য-আকৃতি—শ্রীচৈতন্যগী ছক-ওইবা, অতিতরাম্—যাম্না য়াম্না, ন—ঐখোযবু, কৃপয়তু—খোজানবিশনু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মোমোম্নোব্পা মীৎয়েংনা জগৎপূম্বগী ( জগৎতা লৈবা জীব পূম্বগী ) অৱা মেচাক পূম্নমক মাণ্ডহনবা, মহাক্কা মর্বী লৈনবা বাক্য ( ৱা ) হৌবকপদা মঙ্গল-পূম্নমক থোরকপা, মহাক্কী চরণখাদা চঙজরবা কনানা শ্রীকৃষ্ণপ্রেম ফংদবা য়াওবিবা ( হায়রবদি ফংবদা ওইবিবা ) অদুগুম্বা চৈতন্যগী ছক্লোবা শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা ঐখোযবু য়াম্না য়াম্না চানবিবা ওইসনু।

মূল ৬৩

শ্রীঅঙ্গ, শ্রীমুখ যেই করে দরশন।
তার পাপক্ষয় হয়, পায় প্রেমধন ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীঅঙ্গ—মহাপ্রভুগী ফজবা হকচাঙ, শ্রীমুখ—মহাপ্রভুগী ফজবা মায়থোঙ, যেই—কনাগুম্বা অমনা, করে—তৌযি, দরশন—যেংবা, তার—মহাক্কী, পাপক্ষয—পাপকোকপা হয়—ওই; পায—ফংঙী, প্রেমধন—শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বা লন অদু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী নীঙথিবা হকচাঙ অদুগা ফজবা মায়থোঙ অদু উকবা মী মাগী পাপ কোকযি অদুগা মীদুনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা কৌবা লন্দু ফংজে।

## মূল ৬৪

অন্য অবতারে সব সৈন্য-শস্ত্র সঙ্গে।
চৈতন্য-কৃষ্ণের সৈন্য অঙ্গ-উপাঙ্গে ॥ ৬৪ ॥

## শব্দার্থ

অন্য—অতোপ্পা, অবতারে—অবতারদনা, সব—লোইনমক, সৈন্য-শস্ত্র—লান্মীগা খুৎলাইগা, সঙ্গে—লোয়ননা, চৈতন্য কৃষ্ণের—শ্রীচৈতন্যগী ছক্লোবা শ্রীকৃষ্ণগী, সৈন্য—লান্মীদি, অঙ্গ-উপাঙ্গে—হকচাঙ কায়াৎ অমসুং কাযাংকী কায়াৎনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীমন্মহাপ্রভু-নত্তবা ) অতৈ অবতারদনা লোইনমক লান্মীগা খুৎলাইগা লোযনৈ। শ্রীচৈতন্যগী ছক্লোবা শ্রীকৃষ্ণগী লান্মীদি হকচাঙ-কায়াৎ অমসুং কায়াংকী কায়াৎনী।

## নৈনরোল

সৈন্যশস্ত্র—লান্মী অমসুং খুৎলাই হাযবনী। লানগী মতমদা থকুথোংবা অঙম্বা অমগী যাথং মতুঙ ইন্না খুৎলাই পীয়দুনা য়েক্কববু হাৎনবা হোৎনরিবা মীদুবু লান্মী ( সৈন্য ) কৌয়ি। মতুদি রাম অবতারদা যোং লান্মী ( বানর-সৈন্য )।

শস্ত্র হায়বা থৃৎলাইদি মতমপুম্নদা খুৎতা অমুম পায়গদবা থৃৎলাই-তুনী। মতুদি খাওশাঙ। মতম পুম্বদা থৃৎতা পাযদবা লংতুনা হুম্নমবা থৃৎ-লাইবুনা অস্ত্র কৌ'য়ি। মতুদি—চক্র, তেনজৈ। অতুবু নৈনরিবা পযারসিদা শস্ত্র হাযবা শব্দসিনা ওন্বা অর্থদি শস্ত্র অমসু, অস্ত্র অনীবু হাযবিন্ননী। অমরকোষনসু শস্ত্র শব্দগী অর্থ অম্নদি অস্ত্রনী হায।

## মূল ৬৫

আঙ্গোপাঙ্গ অস্ত্র করে স্বকার্য্য সাধন।
'অঙ্গ-শব্দের' অর্থ আর শুন দিযা মন ॥ ৬৫ ॥

## শব্দার্থ

অঙ্গ-উপাঙ্গ—শরুক অমসুং শরুক্কী শরুক, অস্ত্র—থৃৎলাই, করে—তৌয়ি, স্বকার্য্য—মছামক্কী থবক, সাধন—পাঙথোক্পা, অঙ্গ-শব্দের—'অঙ্গ' শব্দগী, অর্থ—কান্নবা, লোন্, আর—অতে, শুন—তাবিয়ু দিয়া মন—পুক্নীঙ চঙনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙ্গ ( শরুক ) অমসু, উপাঙ্গ না ( শরুক্কী শরুক্না ) মাগী লন্নাই থবক পাঙথোকয়ি। অঙ্গ-শব্দগী অর্থ অতে অমসু পুক্নীঙ চঙনা তাবিযু।

## নৈনরোল

মমাঙদা পন্‌খিবা পয়ারশিংদা খোঙ-থৃৎ-মায়থোঙনচিংববু অঙ্গ হায়-বনী হায়খ্রে। হৌজিক্না অমুক অঙ্গ শব্দগী অর্থ অতোপ্পা অমা উংখৎলক্লে।

## মূল ৬৬

'অঙ্গ' শব্দে অংশ কহে শাস্ত্র-পরমাণ।
অঙ্গের অবয়ব 'উপাঙ্গ' ব্যাখ্যান ॥ ৬৬ ॥

## শব্দার্থ

অঙ্গ-শব্দে—অঙ্গ শব্দনা ꠸ অংশ—শরুক, কহে—হায, শাস্ত্র পরমাণ—শাস্ত্রগী প্রমাণ্নি, অঙ্গের—অঙ্গগী, অবয়ব—অঙ্গ, উপাঙ্গ—উপাঙ্গ, ব্যাখ্যান—হায়।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্র-প্রমাণ মতুঙ ইন্না অঙ্গ ( কান্নাং ) শব্দগী অর্থ অমদি অংশ ( শরুক ) কৌয়ি। অঙ্গগী অবয়ববু ( কান্নাংকী কাযাৎপু ) উপাঙ্গ ( শরুকী শরুক ) কৌয়ি।

### মূল ৬৭

নারায়ণস্ত্বং ন হি সর্ব্বদেহিনা
মাত্মাস্যধীশাখিললোকসাক্ষী।
নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়না-
ত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মাযা ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

নারায়ণ—ভগবান নারাযণ, ত্বম—নঙ, ন—নত্তববা, হি—লেপ্পমক, সর্ব্বদেহিনাম—হক্-পানবা জীব পূম্নমক্কী, আত্মা—অন্তর্য্যামী পরমাত্মা, অসি—( নঙ ) ওই, অধীশ—হে ঈশ্বর লোইনমক্কী মবুংঙো, অখিললোক সাক্ষী—লোক ( মরোল ) পূম্নমকপু উবা, নারায়ণ—ভগবান নারাযণ, অঙ্গম—শরুক ( অংশ ), নরভূজলায়নাৎ—জীবগা থম্মোইদা অনদি ঈশীঙদা লৈবা মবন্না, তৎ—মদু, চ—অমসুং, অপি—সু, সত্যম—অওইবনী, ন—নত্তে, তব—নহাক্কী এব—লেপ্পমক মাযা—মাযাগী ওইবা পোৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে অধীশ ( ঈশ্বর লোইনমক্কী মবুংঙো )। নহাক নারায়ণ নত্তববা? (হায়রদি নহাক নারায়ণ অতনী, মরমদুনা) নহাক জীব পূম্নমক্কী আত্মানা। নহাক লোক ( মরোল ) পুম্নমক্কী সাক্ষীনী ( হাযবদি নহাক জীবশিংগী ওইগ্রবা-ওইরক্কদোবা ওইরিবা থবক পুম্বা উই )। জীবগী থম্মোই অমসুং ঈশীঙনা মাগী লৈফম্নী হায়নরিবা নারায়ণ-তুস্থ নঙগী অংশনী ( শরুক্কী ) হায়বদি থোইদোকপা শক্লোল অমনী, মতুস্থ (হাযবদি নঙগী অঙ্গ ওইরিবা নারায়ণ-তুস্থ) সত্য ( ওইবা ) পোৎনী, মতু নহাক্কী মায়া ( মাযাদগী থোকপা পোৎ ) নত্তে।

### মূল ৬৮

**জলশায়ী অন্তর্য্যামী যেই নারায়ণ।**
সেহো তোমার অংশ, তুমি মূল নারায়ণ ॥ ৬৮ ।

## শব্দার্থ

জলশায়ী—ঈশীঙদা হীপ্পা নারায়ণ, অন্তর্য্যামী—মনুঙদা লৈবা পরমাত্মা, যেই নারায়ণ—মারায়ণ অদু, সেহো—মহাক্কো, তোমার—নহাক্কী অংশ—( নঙোন্দগী থোকখিবা ) শরুক্কী, তুমি—নহাক্কা, মূল—থোরকফম মরু ওইবা, নারায়ণ—নারায়ণনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশীঙদা হীপ্পা অদুগা পোৎ পুম্নমক্কী মনুঙদা লৈবা ( অন্তর্য্যামী ) ওইবা নারায়ণদু নহাক্কীদি অংশনী ( নঙোন্দগী থোকখিবা শরুক্কী )। নহাক্কা থোরক্ফম মরু ওইবা নারায়ণনী।

## নৈনবোল

**জলশায়ী** ( ঈশীঙদা হীপ্পা ) কৌবা পুরুষ অহুম্নী, মখোয়দুদি কারণার্ণবশায়ী পুরুষ গর্ভোদশায়ী পুরুষ অমসুং ক্ষীরোদশায়ী পুরুষ। **অন্তর্য্যামী** দি প্রকৃতিগী অন্তর্য্যামী ( কারণার্ণবশায়ী ) ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামী ( গর্ভোদশায়ী ) অমসুং জীব খুদিংগী অন্তর্য্যামী ( ক্ষীরোদশায়ী ) হায়বা অহুমগী খুদিংবু নারায়ণ হায়না কৌই। মখোয় স শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ওক্কনী, ভাগবতকী শ্লোকসিদা য়াওরিবা **নারায়ণোঽঙ্গ** হায়বা বাহৈসিনা নারায়ণবু শ্রীকৃষ্ণগী অংশনা হায়রিবনী। অদুনা অঙ্গ শব্দসি অংশগী অর্থদা শীজিনৈ হায়বা তশেংলে।

## মূল ৬৯

অঙ্গ-শব্দে অংশ কহে, সেহো সত্য হয়।

মায়া-কার্য্য নহে,—সব চিদানন্দময় ॥ ৬৯ ॥

## শব্দার্থ

অঙ্গ শব্দে—'অঙ্গ' হায়বা শব্দসিনা, অংশ—থোরক্পা শরুকপু কহে—হায়রনী, সেহো—মদুসু ( শরুক মচেৎ অদুসু ), সত্য—অশেংবা, তুংকোইবা, অমাঙ-অতা-লৈতবা, নিত্য; হয়—ওই, মায়া কার্য্য—মায়াগী থবক, মায়াদগী থোকপা পোৎ, নহে—নত্তে, সব—লোইনমক, চিদানন্দময়—চিৎ ( জ্ঞান ) অমসুং আনন্দ (নুংঙাইবা) হায়বদুনা ওইবনী,

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙ্গ' শব্দনা অংশবু ( থোরকপা শরুকপু ) হায়রিবনী। ( অংশ ) মহাক্না নিত্য ( লেপ্তদবা সত্য ) হাযবদুনী। অংশসি মাযাগী থবক হাযবদি মাযাদগী ( প্রকৃতিদগী ) থোরকপা পোৎ নত্তে। অংশ পূম্নমক সৎ-চিৎ-আনন্দনা ওইবা ভাক্তনী।

### নৈনরোল

নারাযণবু বিভু ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী হাযবে, অদুগা অসিশু হায়বি মতুদি—নারাযণদি ঈশ্বরগা লৈ অমসু জীবগী থম্মোইদসু লৈ। মসিনা তাক্লিবদি নারাযণসে মাযাদগী থোরকপা পোৎকুম্ন ভমথৈ-নাইবা পোৎনী, বিভু ( পূম্নমক্তা শবা শল্লিবা ) নত্তে হায়না তাকপনী। অদুবু বিভু ওইবা পোৎকী অংশদি বিভু ( ভমথৈ-নাইদবা ) ওই। মবমসিনা নারাযণ মাযিক বস্তু নত্তে, মহাক্তি চিৎ-আনন্দগী মছকী, নিত্যনী, সত্যনী।

### মুল ৭০

অদ্বৈত নিত্যানন্দ—চৈতন্যের দুই অঙ্গ।

অঙ্গের অবয়বগণ কহিযে উপাঙ্গ ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, দুই—অনী, অঙ্গ—অংশ ( থোরকপা শরুক ) অঙ্গের—অঙ্গগী অবযবগণ—অংশগী অংশশিং, কহিযে—কৌযি, উপাঙ্গ—অংশগী অংশ ( শরুকী শরুক )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদ্বৈত অমসুং নিত্যানন্দসে শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অঙ্গ ( অংশ ) অনীনী। অঙ্গগী অঙ্গশিংবু উপাঙ্গ কৌযি।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী অঙ্গ ( অংশ ) অনীনী, মতুদি—শ্রীঅদ্বৈত অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ। অদুগা শ্রীঅদ্বৈত অমসুং শ্রীনিত্যানন্দগী অঙ্গ ( অংশ হাযবদি মখোয়গী দুইনবা ভক্তশিং ) অদুগী মিংনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী উপাঙ্গনী ( অংশগী অংশনী ), শ্রীবাসনচিংবা ভক্তবৃন্দসি উপাঙ্গনী।

## মূল ৭১

অঙ্গোপাঙ্গ তীক্ষ্ণ অস্ত্র প্রভুর সহিতে।
সেই সব অস্ত্র হয় পাষণ্ড দলিতে ॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

অঙ্গ-উপাঙ্গ—অংশগা, অংশগী অংশগা, তীক্ষ্ণ—অথোবা, অস্ত্র—খুৎলাই, প্রভুর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা, সহিতে—লোয়ননা, সেই—মতু, সব—পূম্বা, অস্ত্র—খুৎলাই, হয়—ওই, পাষণ্ড—( ঈশ্বর-শাস্ত্র—থাজদবা মী ) নাস্তিক, দলিতে—নৈহৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙ্গ ( অংশ ) অমসুং উপাঙ্গ (অংশগী অংশ) হায়বা থোববা খুৎলাই শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা লোইনৈ। পাষণ্ড ( বেদ অমসুং ঈশ্বরবু থাজদবা নাস্তিক ) ওইরিবা মীশিংবু নৈহৎনবা মখোয় পুম্নমক্না খুৎলাই ওইয়ে।

## মূল ৭২

নিত্যানন্দ গোসাঞি সাক্ষাৎ হলধর।
অদ্বৈত আচার্য্য গোসাঞি সাক্ষাৎ ঈশ্বর ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ গোসাঞি—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, সাক্ষাৎ—তশেংবা, হলধর—লাঙ্গল পায়বা শ্রীবলরামনী, অদ্বৈত আচার্য্য গোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য প্রভু, সাক্ষাৎ—তশেংবা, ঈশ্বর—মহাবিষ্ণুনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ গোসাঞিদি সাক্ষাৎ বলরাম-নী অদুগা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য গোসাঞিনা সাক্ষাৎ মহাবিষ্ণু ঈশ্বরনী।

### তৈনবশ্রোল

শ্রীঅদ্বৈত অমসুং শ্রীনিত্যানন্দনা কয়রম্না শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী অংশ ওইরিবনো হায়বদু পযাবসিদা তাক্লি। শ্রীনিত্যানন্দনা ব্রজলীলাগী শ্রীবলদেব অমক্নী, অদুগা শ্রীঅদ্বৈতনা মহাবিষ্ণুগী অবতারনী। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা স্বয়ং

শ্রীকৃষ্ণমক্কী। শ্রীবলদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসগী মচুক ওইবা অংশনী অদুগা মহাবিষ্ণুনা মহাক্কী অংশনী। মরমদুনা শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতসু শ্রীচৈতন্যগী অংশনী।

## মূল ৭৩

শ্রীবাসাদি পারিষদ সৈন্য সঙ্গে লঞা।

দুই সেনাপতি বুলে কীর্ত্তন করিয়া ॥ ৭৩ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীবাস-আদি—শ্রীবাসনচিংবা, পারিষদ—পার্ষদ, লোইন্, সৈন্য—লান্মী, সঙ্গে—লোযননা, লঞা—পুদুনা, দুই—অনী, সেনাপতি—লালুপ-হঞ্জবা, বুলে—কোযনা চৎলী কীর্ত্তন কবিযা—ভগবানগী কোলোই-মিংলেন শোন্দূনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসনচিংবা পার্ষদ লান্মী লোয়নবগা সেনাপতি অনীনা হবি-মিংলেন শোন্দূনা কোয।

### মৈনন্ত্রোল

শ্রীবাসনচিংবা পার্ষদভক্তশিংদি শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অনীগী তুংইনবনী হাযদুনা ( অদুগা শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগন অঙ্গ ওই হায দুনা ) মখোযবু উপাঙ্গনী হায়রিবনী। শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতবু সেনাপতি অদুগা শ্রীবাসনচিংববু লান্মী ( সৈন্য ) কৌরিবনী, মখোযগী থূংলাইনা শ্রীনাম-সঙ্কীর্ত্তন-নী।

## মূল ৭৪

পাষণ্ডদলনবানা নিত্যানন্দ রায়।

আচার্য্য-হুঙ্কারে পাপ-পাষণ্ডী পলায় ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

পাষণ্ডদলন—বেদগী য়েক্নববু নৈহৎপা; বানা—তৌবা মী, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, রায়—অথোইবা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা, হুঙ্কারে—ঙংবদা পাপ—পাপ, পাষণ্ডী—পাযণ্ডগী পূকচেল্, পলায় চেন্থোকয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাষণ্ডবু মৈহৎ-তম্বা নিত্যানন্দ অথোইবনী। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ভংলক্ পদা পাপ অমস্তুং পাষণ্ডগী পুকচেল অপূন্বা চেম্বোকখি।

### নৈনরোল

বেদবু যেক্লবা মীবু পাষণ্ড কৌয়ি। বেদ-বিরোধী ওইবনা মখোযবু বৌদ্ধ ক্ষপণ নচিংবনী হায়না শব্দকল্পদ্রুমদা হায়রি। খণ্ডদবনা পওথববা জীবনা নাবায়ণ নত্তবা অতৈ দেবতাবু জগৎকী লাংফম পরতত্ত্বনী হায়না খনবনা মখোযদো পাষণ্ডনী। মতুগী প্রমাণ- "যেহন্তদেব, পরত্বেন বদন্ত্যজ্ঞান মোহিতা। নাবায়ণাজ্জগদ্বন্দ্যং তে বৈ পাষণ্ডিনস্তথা॥ শব্দকল্পদ্রুম ধৃত পাদ্মোত্তব খণ্ড-বচন। ৪২॥" হুঙ্কার—হবিনাম শোনবা মতমদা ভংবা। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা প্রেমগা লোযনন্না হরিনাম শোল্লকপা মতমদা পাপীগী পাপ অদুগা পাষণ্ডগী শাস্ত্রবু যাদবা মত অদু লাপ্না চংখি। অবতার অতৈ অতৈগী হাক্তক্তা পাপী-পাষণ্ডীবু হাংলী, অদুগা শ্রীনিত্যানন্দ অমস্তুং শ্রীঅদ্বৈতখোযদি হাংপগী মক্তত্তা অওকপা শক্তি শীজিন্নদুনা পাপী পাষণ্ডী শিংগী পাপনচিংবদু কোবূহনবিদুনা মখোয়বু ভক্ত অথোইবা ওইহনুবী।

### মুল ৭৫

সঙ্কীত্তন-প্রবর্ত্তক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
সঙ্কীর্ত্তন-যজ্ঞে তাঁরে ভজে সেই ধন্য ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্কীর্ত্তন প্রবর্ত্তক—সঙ্কীর্ত্তন হৌদোকপা মহাক, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু, সঙ্কীর্ত্তন-যজ্ঞে—সঙ্কীর্ত্তন কৌবা যজ্ঞনা (পোৎচঙনা), তাঁরে—মহাকপু (শ্রীচৈতন্যবু), ভজে—ভজন তৌযি, সেই—মহাক্তো, ধন্য—মাহি-যাল্লবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সঙ্কীর্ত্তন-হৌদোকপদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনী। মহাকপু সঙ্কীর্ত্তন-না পোৎচঙ ওইনা ভজন তৌববা মীদুমক মহৈ যাল্লবনী।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যমক্তা ইহান হান্না সঙ্কীর্ত্তন হৌদোকপনী। মাগী মমাঙদা

মীযাম তিল্লগা শ্রীশ্রীনামসঙ্কীর্ত্তন তৌবসি চৎনরমদে। শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ইহান হান্না চৎনহল্লম্মী, মরমতুনা মহাকপু সঙ্কীর্ত্তনগী শিক্তা (অপোকপা) হাযনৈ।

## মুল ৭৬

সেইত সুমেধা, আব কুবুদ্ধি সংসাব।

সর্ব্বযজ্ঞ হৈতে কৃষ্ণনামযজ্ঞ সাব ॥ ৭৬ ॥

## শব্দার্থ

সেই—মহাক্‌মক ( সঙ্কীর্ত্তন্না মরু ওইবা যজ্ঞনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ভজন তৌবা মামক ), ত—লেপ্পমক, সুমেধা—অফবা-ৱাখল্‌-লৈবনী, আর —অতৈ, কুবুদ্ধি—লৌশিং-থেনবা, সংসার—তাইবংপান, সংসারদা লৈবা জীব, সর্ব্ব-যজ্ঞ হৈতে—যজ্ঞ পুম্নমক্কী, কৃষ্ণনামযজ্ঞ— শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা হাযবা যজ্ঞ, সাব—মচি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকমক ( সঙ্কীর্ত্তন্না মরু ওইবা যজ্ঞনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ভজন তৌবা মামক ) লেপ্পা অফবা বুদ্ধি-লৈবনী। ( মাগুম্বা নত্তবা ) অতৈদি লৌশিং-থেন্‌বা সংসারগী জীবনী। যজ্ঞ পুম্নমক্কী শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা হাযবা যজ্ঞনা মচিনী।

## মুল ৭৭

কোটি অশ্বমেধ—এক কৃষ্ণ-নাম সম।

যেই কহে সে পাষণ্ডী, দণ্ডে তারে যম ॥ ৭৭ ॥

## শব্দার্থ

কোটি অশ্বমেধ—শগোল-হাংপা যজ্ঞ কোটিনা, এক—অমা, কৃষ্ণ-নাম—শ্রীকৃষ্ণগী মিংগা সম—মান্নে, যেই—কনাগুম্বনা, কহে—হায়, সে—মহাক, পাষণ্ডী—পাষণ্ডীনী, বেদ য়াদবা মীনী, দণ্ডে—চৈরাক পীযে, তারে—মহাকপু, যম—যমনিংথৌনা,

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অশ্বমেধ যজ্ঞ কোটিগা শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমূক শোন্‌বগা মান্নে হায়না হায়বা মীদো পাষণ্ডীনী। মহাকপু যম নিংথৌনা দণ্ড পীয়ে।

## মৈনকহোল

**অশ্বমেধ** হায়বসি যজ্ঞ মথল অমনী। মসিদা, ইহান্ হানবদা মযামগা মান্নবদা লক্ষণগী শগোল অমবু অশেঙবা ঈশীঙনা চামথোক্পিরগা মরাযবক্তা জয়পত্র থেৎলগা থাদোকযি। মাবু শেন্নবা মী অমস্তু হাপ্পী। চহী অমা চুপ্পা শগোলসিনা মনীঙ তন্না কোয়চৎ চৎলী। চহী অমা ফারবা মতুঙদা শগোল অদুবু যুমদা হুন্না পুরকয়ি। চহীচুগী মনুঙদা কনাগুম্বনা শগোলদুবু ফারবদি লাল তৌনরগা মাগী মথূত্তুগী শগোল মুল্লী। চহী অমগী মতুঙদা শগোলদু য়ুমদা পুবক্লগা শাস্ত্রবিধি মতুঙ ইন্না হাৎলগা মছাদুনা হোম কৎলী। মসিনী অশ্বমেধ যজ্ঞ হাযবদো। অশ্বমেধগী ফল-ওইনা ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোকযি স্বর্গ ফংঙি অদুগা অবানথুভম ( মোক্ষ ) ফংঙি।

**কৃষ্ণনাম** গী মাহাত্ম্যগা চাঙদমন্নবদা অশ্বমেধ যজ্ঞ কোটিরক হুন্না তৌবগী ফল অদু যান্না হন্থে। অদুনা কৃষ্ণনাম অমুক শোনবগা অশ্বমেধ যজ্ঞ কোটিগ্যা মান্নে হাযরুরবদি নাম-অপরাধ অচৌবা অমনী। মতুগীদমক অপবাধীদুবু যমরাজনা শাস্তি পী। কৃষ্ণ-নাম অমুকথক উচ্চারণ তৌবগী ফল ওইনা কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) অদুগ। কৃষ্ণসেবা ( কৃষ্ণবু সেবা তৌবা ) ফাওবা ফংবা যাই। হান্নরিবা ফল অসে অশ্বমেধ কোটিবরুস্তু ফংহনবা ঙমদে।

## মুল ৭৮

ভাগবতসন্দর্ভ—গ্রন্থের মঙ্গলাচরণে।
এই শ্লোক জীবগোসাঞি কবিয়াছেন ব্যাখ্যানে ॥ ৭৮ ॥

## শব্দার্থ

ভাগবতসন্দর্ভ-গ্রন্থের—ভাগবতসন্দর্ভ কৌবা লাইরিক্কী, মঙ্গলাচরনে—মঙ্গল ওইনবা ৱাহৌদোক্তা, এই শ্লোক—শ্লোক অসি, জীবগোসাঞি—শ্রীজীব-গোস্বামীনা, কবিয়াছেন ব্যাখ্যানে—ব্যাখ্যা তৌরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাগবত-সন্দর্ভগী মঙ্গলাচরণদা শ্রীলজীব গোস্বামীনা শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা তৌরম্মী।

## মূল ৭৯

অন্তঃ কৃষ্ণং বহির্গৌরং দর্শিতাঙ্গাদিবৈভবম ।
কলৌ সঙ্কীর্ত্তনাদ্যৈ স্ম কৃষ্ণচৈতন্যমাশ্রিতাঃ ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

অন্তঃ কৃষ্ণম্—মনুঙ-মুবা , বহির্গৌরম্—পান্ ঙৌবা , দর্শিত—উৎপা , অঙ্গাদি—হকচাঙ কায়াংশিংনচিংবা নত্রগা অংশশিংনচিংবনা , বৈভবম—মহিমা মগুম কলৌ—কলিদা , সঙ্কীর্ত্তন-আদ্যৈঃ—সঙ্কীর্ত্তন্না মরু ওইবা ( পূজাগী পোৎলম্না ) স্ম—লৈরে , কৃষ্ণচৈতন্যম—শ্রীমন-মহাপ্রভুদা , আশ্রিতাঃ—চঙজববা ( ওইনা ) ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনূঙ-মুবা, পান-ঙৌবা অদুগা মাগী অঙ্গনচিংবনা মছামক্কী মহিমা ফোঙদোকপা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ঐখোয়না কলিযুগদা সঙ্কীর্ত্তন্না মরু ওইবা পূজাগী পোৎলম্না ( পূজা তৌরগা ) মঙোন্দা চঙজরি ।

### নৈনরোল

শ্রীজীবগোস্বামীনা নৈনবিবা শ্লোক সিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং শ্লোক অদুগী ব্যাখ্যা তৌবিবনী ।

অন্তঃ কৃষ্ণং—অন্তঃ ( মনূঙদা ) কৃষ্ণ ( মুবা ) মহাক হায়বনী , মসিনা কৃষ্ণবর্ণং শব্দগী অর্থনী । বহির্গৌরং—বহি (পান দা) গৌরং ( ঙৌবা ) মহাক হায়বনী, হায়বদি মহাক্কী অঙ্গকান্তিদু ঙৌযি হায়বনী , মসি ত্বিষাকৃষ্ণং শব্দগী অর্থনী । দর্শিত-অঙ্গ-আদি-বৈভবং—অঙ্গ শব্দনা শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু খঙহল্লি , আদি—শব্দনা শ্রীবাসনচিংববু খঙহল্লি । বৈভব শব্দনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মছামক্কী মহিমাবু ( মগুম ) খঙহল্লি । অঙ্গ মচিংবা শীজন্নদুনা মছাগী বৈভব উৎলী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু দর্শিতাঙ্গাদি-বৈভবম্ হায়রিবনী । নত্রগা, অঙ্গনচিং-বগী বৈভব উৎলিবা মানা—শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা পরিকরশিংনা পাষণ্ড-লাকথুবা অদুগা প্রেম দান তৌবনচিংবগী মহিমাদু মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা) ফোঙদোকয়ি । নত্রগা, মহাক্না মাগী হকচাঙ কায়াং অদুগা কায়াংকী কায়াংশিংগী ( খোঙ থুংনচিংবগী ) বৈভব ফোঙদোকয়ি , হায়বদি মহাক্কী

শ্রীঅদ্বৈত উরুবদা উরুবা মীহুৎশী পাপ মাঙণী অদুগা কৃষ্ণপ্রেম ফংঙী। দশিক্তাঙ্গাদি-বৈভব শব্দনা সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদং শব্দগী অর্থ কোঙদোকয়ি। সঙ্কীর্ত্তনাদৈঃ— সঙ্কীর্ত্তনা মকওইবা মখোযগী ( পূজা-পোৎলমশিংগী ), মদু পুম্নমক্তা, মসি "যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তন—প্রায়ৈঃ" হায়বা শব্দকী অর্থনি।

## মুল ৮০

উপপুরাণেহ শুনি শ্রীকৃষ্ণবচন।

কৃপা করি ব্যাস প্রতি করিয়াছেন কথন ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

উপপবাণেহ—উপপুরাণ-দস্ত, শুনি—( ঐখোয়বা ) নাকোঙনা তায শ্রীকৃষ্ণবচন—শ্রীকৃষ্ণনা হাযবা রা, কৃপা করি—থৌজানবিহুনা, ব্যাস প্রতি- শ্রীব্যাসদেবগী মকমদা, কবিযাছেন—তৌযি, কথন—রাঙাও।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উপপুরাণদস্থ শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবা রা ঐখোয়না তাখি। ( শ্রীকৃষ্ণনা ) থৌজানবিহুনা শ্রীব্যাসদেবগী মফমদা ( মখাগীসি ) হাযবিখি।

## নৈন্নরোল

ব্রহ্মপুরাণচিংবা মহাপুরাণ তরানিপাল নত্তবা দেবী পুরাণচিংবা লৈরিবা পুরাণ-শিংবু উপপুবাণ কৌযি।

## মুল ৮১

অহমেব ক্বচিদ ব্রহ্মন সন্ন্যাসাশ্রমমাশ্রিতঃ।

হরিভক্তিং গ্রাহযামি কলৌ পাপহতান্নরান ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

অহম্—ঐহাক, এব—লেপ্পক; ক্বচিৎ—করিগুম্বা, ব্রহ্মন—হে ব্রাহ্মণ ( হে ব্যাসদেব ), সন্ন্যাস—আশ্রমম্—পুন্সিগী লম্বোইবা মতাও, আশ্রিতঃ—লৌদুনা, হরিভক্তিম্—হরিভক্তি, গ্রাহয়ামি—লৌহল্লী; কলৌ—কলিদা, পাপহতান্—পাপচেল্লবা, নবান্—মীশিংবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা ব্যাসদেবদা হাযখি — হে ব্যাসদেব, করিগুম্বা কলি যুগ অমদা ঐহাক ইছামক সন্ন্যাস আশ্রম লৌদুনা পাগ্না তুহৎলবা মীশিংবু হরিভক্তি লৌহল্লী।

### নৈনরোল

অহম্-এব শব্দগী এব অসিন তাক্লিবদি শ্রীকৃষ্ণনা ইছামক করিগুম্বা কলি—অমদা জগৎতা অশ্তাব তৌবগা সন্ন্যাস লৌদুনা জীবদা হরিভক্তি পীবি হাযবনী মহাক্কী অতোপ্পা স্বরূপ অমনা কলিদা অবতাব তৌদুনা ভক্তি দান তৌযি হাযবা নত্তে। শ্লোকসিদা যাওব্রিবা কলৌ ( কলিদা ) অসি শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজলীলা প্রকট তৌখিবা দ্বাপব যুগ অদুগা হেক থংনবা মতুংগী কলিদা হাযবিবনা।

হৌজিক ওইবিবা কলিগী মমাঙ দ্বাপবদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজলীলা শান্নখি, অদুগা হৌজিক্কী কলিসিদা অবতার তৌখিবা মহাক (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অদুম্ন সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগা কলিনা তুহৎলবা জীবশিংদা হবিভক্তি লৌহনখি, মরমদুনা হায়বিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসি স্বযং শ্রীকৃষ্ণনী হাযবদু উপপুবাণগী বচন অসিনা প্রমাণ তৌরি।

### মূল ৮২

ভাগবত, ভারত শাস্ত্র, আগম, পুবাণ।
চৈতন্য কৃষ্ণ অবতারে প্রকট প্রমাণ॥ ৮২॥

### শব্দার্থ

ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবতম্, ভাবতশাস্ত্র—মহাভারত, আগম—বৈদিক সাহিত্যশিং, পুরাণ—পুরাণশিং, চৈতন্যকৃষ্ণ অবতারে—শ্রীচৈতন্য ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবগী মবমদা ; প্রকট—ফোঙ ফোঙ শবা, প্রমাণ—প্রমান্নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌরি হাযবগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্, মহাভারত, আগম, অমসুং পুরাণ—অথোয়াশিংসিনা ফোঙ-ফোঙ-শাবা প্রমান্নী।

### নৈনবোল

আসন্ বর্ণাস্ত্রয়োহ্যস্য অদুগা কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাহকৃষ্ণং হায়বা শ্লোক অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী প্রমাণনী। সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গ হায়বা শ্লোকসিনা মহাভারতকী প্রমাণনী। অহমেব কচিদ্ ব্রহ্মন্ হায়বা শ্লোকসিনা উপপুরাণগী প্রমাণনী। আগম শাস্ত্রগী শ্লোক অসিতবু পল্লমদে, অদুবু শ্রীমদ্ভাগবতম্গী নানাতন্ত্রবিধানেন কলাবপি তথা শৃণু হায়বা শ্লোকসিদগী থগবা ওঙ্গদি আগম ( তন্ত্র ) শাস্ত্রদসু শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী পূজাগী বিধান যাওরি হায়বসিনী, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অবতার তৌবসি আগমশাস্ত্রনসু যারি।

### মূল ৮৩

প্রত্যক্ষে দেখহ নানা প্রকট প্রভাব।

অলৌকিক-কর্ম্ম, অলৌকিক অনুভাব ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

প্রত্যক্ষে—মিৎমক্তা দেখহ—উরি, নানা—মখল মখাগী, প্রকট—ফোঙদোকপা, প্রভাব—মতীক মযুাই, অলৌকিক—মীওইবনা ঙমদবা, কর্ম্ম—থবক; অলৌকিক—মীওইবনা ঙমদবা, অনুভাব—কৃষ্ণ-প্রেমগী নাওং ( পি, হুমাং-নচিংবা থোরকপা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ফোঙলম্বা প্রভাব অদু মানা তৌরম্বা অলৌকিক ( মীওইবনা ঙমদবা ) থবকশিংদা অদুগা মীওইলক্তা ওইথোক্তবা মাগী কৃষ্ণপ্রেমগী নাওংশিংদা উবা ফংগনী।

### নৈনবোল

কনাগুম্বনা হংবা যাই—শ্রীকৃষ্ণনা কলিযুগদা গৌর ওইনা অবতার তৌযি হায়বসি শাস্ত্র-প্রমাণ তুংইন্না লৌবা যারে, অদুবু নবদ্বীপতা অবতার তৌখিবা মহাক্তো শাস্ত্রনা হায়রিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অদুনী হায়বদি করম্না খঙগনী ?

মসিগী পাউখুমদি অসুম্না হায়রি—নবদ্বীপ লীলা শান্নরম্বা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যত্নমক শাস্ত্রনা হায়রিবা কলি অবতারদুনী হায়বগী প্রত্যক্ষ ( মীৎনা

উবা ) প্রমাণ যাম্না লৈ। মচুদি—অহানবদা, শাস্ত্রদা পল্লিবা কলি-অবতারগী প্রভাব ময়ামদো নবদ্বীপ বিহারী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগোসাঁই তশেংনা উবা ফংভি। অনীশুবদা, নদীয়া-বিহারী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা উমং-রামংগী শা-উচেক ফাওবদা প্রেমদান তৌবা হায়ন। মীওইবনা ঙমদবা ( অলৌকিক ) থবক তৌথিবচু স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা কনামতনা তৌবা ওইথোক্কে। অহুমশুবদা, নদীয়াবিহারী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী শ্রীঅঙ্গদা থোকখিবা প্রেম-বিকারনচিংবা মযাম্না উনাখবদো অতোপ্পা কনা ভগবৎ-স্বরূপ অমত্তগীসু ওইথোক্কে। তশেংনমক, রাধাভাবদ্যুতিনা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কনা অমতগী অসিগুম্বা প্রেম-বিকার ওইথোক্কে।

শাস্ত্রদা হায়বা লক্ষণ ( খুদম্ ) ময়ামতুগা মান্নবরা হাযবচু যেংলগা অবতারচু ভগবান ওইবরা হাযনা লেপ্পা মতাঙদা ভক্তগী অনুভূতিনা ( থম্মোইদা পান্দুনা খঙবচুন। ) মক ওইবা প্রমাণনী। ভক্তিগী মপাঙ্গল ভক্তগী থম্মোইদা লৈবগ্না প্রাকৃত গুণ শিংগী অমোংপচু বোকযি, অদুগা ভগবানগী রূপ.শক্তিচু লৌশন্-ঙম্নবা মতৌক-চাবা হাযবচু ওই। রূপ শক্তি-সিংগী মপাম্না ভক্তনা শ্রীভগবানগী রূপ গুণ লীলানচিংববু অনুভব তৌবা ঙমজে। অতোপ্পা অমনদি অনুভব অসিগুম্বা তৌবা ঙমদে মরমদি অতোপ্পা মীগী চিত্তচু প্রাকৃতগুণা মোৎহন্নবদগী নাম্থোক্পা ঙমদে, অদুনা ভগবানগী কৃপাশক্তিচু লৌশন্-ঙম্নবা মতৌক চাবা ঙমদে। ভগবানগী মরমদা ভক্তনা অসিগুম্বা অনুভব তৌবদা ভ্রম-প্রমাদনচিংবা যাওবমগনী হাযনা চিংন-নীঙঙায লেতে। মরমদি ভক্তিরানীগী কৃপানা ভক্তগী চিত্তদগী মখল পুম্নগী দোষ.পুঙকোক্ কোকৃয়ি অদুগা ভক্তসু দিব্য-জ্ঞান (প্রাকৃত-রাংমগী জ্ঞান) ফংঙী। "ভ্রম, প্রমাদ, বিপ্রলিপ্সা ( মীনম্গে নীঙচুনা ওইদবা হায়বগী লানবা ), অদুগা করণাপাটব ( থবক তৌবদা হৈতবগা লান্দা )—অরান্নবা ( দোষ ) মখল মরিসে ঋষিবিজ্ঞশিংগী বাক্যদা য়াওদে।

## মূল ৮৪

দেখিয়া না দেখে যত অভক্তের গণ।
উলূকে না দেখে যেন সূর্য্যের কিরণ ॥ ৮৪ ॥

## শব্দার্থ

দেখিয়া—উনা ; না দেখে—উদে ; যত—লৈরিবা পুম্বা , অভক্তের

—ভক্ত-নত্তব শিংগী , গণ—কাওবুনা , উলুকে—মকুনা , না দেখে—উদে , যেন—গুম্না ; সূর্য্যের—মুমীৎকী , কিরণ—মঙাল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত-নত্তবা কাওবুশিং পূম্বনা উনা উনা উদে। মতুদি মকুনা মুমীৎকী মঙান উদবগুম্বনী।

## নৈনরোল

মকুনা উক্রোং মনুঙদা লৈতুনা মুমীৎ মঙান উবা ফংদে, উক্রোংদগী মপাল্লোমদা য়েংথোক্লকগা মুংশা মঙান উবা য়ারবস্মু মকুদি উক্রোংগী মপা-ল্লোমদা যেংথোক্কে, মীৎ উইশন্দুনা ভাক্লা লৈ, মতুগুম্না ভক্ত নত্তবা মীনা সংসারদা নপ শন্দুনা লৈখিবা মরম্না সংসার-উক্রোংদা ফাজনবদৌ লৈতুনা মখোয়স্মু সংসার-বিষয়াগী রাংমদা লৈবা শ্রীভগবানবু অনুভব তৌবা ঙমদে, সংসারগী মুংঙাইবনা শুমহৎখিবনা ভগবানবু অনুভব তৌনবস্মু হোৎনদে। মকুনা অমম্বদা লৈবা পাশ্বগুম ভক্ত নত্তবা জীবশিংস্মু অজ্ঞান ( খঙদবা ) কৌবা অমম্বতুদা লৈবতুদা পামজৈ।

## মুল ৮৫

ত্বাং শীলরূপচরিতৈঃ পরমপ্রকৃষ্টৈঃ
সত্ত্বেন সাত্বিকতয়া প্রবলৈশ্চ শাস্ত্রৈঃ।
প্রখ্যাতদৈব পরমার্থবিদাং মতৈশ্চ
নেবাসুরপ্রকৃতয়ঃ প্রভবন্তি বোদ্ধুম্ ॥ ৮৫ ॥

## শব্দার্থ

ত্বাম্—নহাকপু , শীল—লমচৎ , রূপ—ছক্ , চরিতৈঃ—তৌথো-রকপা থবক্সা , পরমপ্রকৃষ্টৈঃ—পূম্নমক্কী থোইবা , সত্ত্বেন—সত্ত্বদগীদা থোরকপা খ্বাইগা মান্নদবা প্রভাব-না , সাত্বিকতয়া—সত্ত্বগুণ-চেনবনা , প্রবলৈঃ—পাঙ্গনবা , শাস্ত্রৈঃ—শাস্ত্রনা প্রখ্যাত—মিংচৎলবা , দৈব—লাইগী ওইবা , পরমার্থবিদাম্—পন্থুংলেনবু খঙবা মী , ( প্রখ্যাতদৈবপর মার্থবিদাম্—দৈব অমসুং পরমার্থগী মরমদা মিংচৎলবা পণ্ডিতশিংগী ) , মতৈঃ—মতনৈনবনা , চ—অমসুং , ন—নত্তে , এব—লেপ্পমক , অসুর প্রকৃতয়ঃ—অসুরগী শাজৎ-চৎপা মীশিংনা , প্রভবন্তি—ঙম্মী , ( ন প্রভব-ন্তি—ঙমদে ) , বোদ্ধুম—খঙবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

নওগী থ্বাইদগী হেন্বা মতৌ, ছক্তম অমস্তুং থবকশিংনা ( হায়বদি ময়ামম্তু উনা উনা ), তশেংবা সত্ত্বদগী থোরকপা নওগী অঙকপা প্রভাব দর্শন তৌনা তৌনা, পাঙল্লবা শাস্ত্রপূমমক্কী পাওতাক মনাকোওনা তানা তানা অমস্তুং দৈবগী [ শুভ-অশুভ ( অফ-ফত্তগী ) ] মরমদা অমস্তুং পরমার্থ-বিষয়দা ( মীওইবগী পস্থুং-লেনগী মরমদা ) মমিং চৎলবা পণ্ডিতশিংগী মত নৈনরবা ফাওবদা অস্তুরগী ( ভক্ত-নত্তবা মীগী ) পূকচেন চেন্বা মীশিংনা নহাকপু খঙবা ঙমদে।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীরামানুজাচার্য্যগী গুরুদেব শ্রীযামুনাচার্য্যগী স্তোত্ররত্নদগী ( ১২ ) লৌথোকপনী।

## মুল ৮৬

আপনা লুকাইতে প্রভু নানা যত্ন করে।
তথাপি তাঁহার ভক্ত জানযে তাঁহারে ॥ ৮৬ ॥

## শব্দার্থ

আপনা—মহাবু, লুকাইতে—লোৎনবা হায়রুনা, প্রভু—ভগবান্না, নানা—মথল মথাগী মওংদা, যত্ন করে—হোৎনৈ, তথাপি—অদুম ওই-নমক, তাঁহাব—মহাক্কী, ভক্ত—ভক্তনা, জানয়ে—খঙঙী, তাঁহারে—মহাকপু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

প্রভুনা ( শ্রীভগবান্না ) মহাবু লোৎনবা হায়রুনা মথল মথাগী মওংদা হোৎনৈ। অদুম ওইনমক মাগী ভক্তনা মহাকপু খঙঙী।

## মুল ৮৭

উল্লংঘিতত্রিবিধসীমসমাতিশায়ি
সম্ভাবনং তব পরিব্রঢিম-স্বভাবম্।
মায়াবলেন ভবতাপি নিগুহ্যমানং
পশ্যন্তি কেচিদনিশং ত্বদনন্যভাবাঃ ॥ ৮৭ ॥

## শব্দার্থ

উল্লংঘিত—লংথাইরবা, ত্রিবিধ—মথল অহুম, সীম—ওমথৈ, সম—মান্নবা ; অতিশায়ি—হেন্দোকপা, সম্ভাবনম্—ওইথোকপা, ( উল্লংঘিতত্রিবিধসীমসম-অতিশায়ি-সম্ভাবনম—দেশ ( লম ) কাল ( মতম ) অমস্তুং পরিমাণ ( চাং )—হায়রিবা ওমথৈ মথল অহুমসিবু ল্যাম্থোক্লিবা, মাগা মান্নবস্থু লৈতবা, মঙোন্দগী হেন্‌বস্থু লৈতবা ), তব—নঙগী, পরিব্রঢিম—প্রভু ( মপু পুরেন ) ওইবগী, স্বভাবম্—স্বরূপ-পু, মায়া বলেন—যোগমায়াগী পাঙ্গল্লা, ভবতা-অপি—নহাকমক্তা, নিগুহ্যমানম—লোৎলববু, পশ্যন্তি—উইয়ে, কেচিৎ—কনা কনাগুম্বনা ; অনিশম—মতম পুম্বদা, ত্বৎ-অনন্যভাবাঃ—নঙ নত্তনা অতোপ্পা অমবু নীঙভ্রবা ভক্তশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভগবান্, দেশ, ( লম ), কাল ( মতম ) অমস্তুং পরিমাণ ( চাং ) কৌবা মথল অহুমগী ওমথৈ ৱাংমদা লৈবা নহাক্কী, নহাক্কা মান্নবা কনামা লৈত্রে অদুগা নঙোন্দগী হেনবস্থু কনামা লৈত্রে, নছামক্কী যোগমায়াগী পাঙ্গল্লা নহাকপু নহাক্কা মতম পুম্বদা লোৎকদবগী হোৎনন্নিবা—প্রভু ( মপু-পুরেন ) ওইবা নহাক্কী স্বরূপ ( শক্তম ) অদুবু, নঙবু নত্তনা অতৈ অমবু নীঙভ্রবা কনা কনাগুম্বা ভক্তশিংনা মতমপুম্বদা উজে।

## নৈনরোল

সীমা ( ওমথৈ ) হায়বসি মথল অহুম্নী। মদুদি, অহান্‌বদা দেশগী ( লমদমগী ) থৈবা সীমা, মফম থূদিংগী মায়কৈ মরিদা সীমা লৈ, মফমদো মায়কৈ মরিগী সীমাগী মনূঙদা থায়দোক্তুনা লৈরবনী। শ্রীভগবান্‌গী স্বরূপতি অসিগুম্বা দেশকী থৈবা সীমাবু লাম্থোকয়ি। মদুদি ঐহাক মণিপুরদা লৈ, মণিপুরগী মনূঙদা ঐনা লৈরিবা মফমদুগী ওমথৈ অমা লৈ, মদুম্না ওমথৈরবা মফমদা ঐগী ওমথৈ-নাইবা হকচাঙসি লৈরিবনী। মতৌ অম্মুম্না ভগবান্‌গী মরমদদি হায়বা য়াদে, মানা লৈবা মফমদুগী সীমা লৈতে, মফমদু ওমথৈনাইদবা অমস্তুং লোই-থম্বা-নাইদবনী, মসিনা তাক্লিবদি ভগবান্স, মরাক-ময়ুংদা ওমথৈ নাইদবা ( অসীম ) অমস্তুং লোই-থম্বা-নাইদবনী (অনন্তনী) হাযবসিনী। করিগুম্বা মফম অমা তাক্লগা ভগবান্‌গী ওমথৈ উৎপদি ওইথোক্কে, মরমদি মহাক্কী স্বরূপকী ৱাংমদা লৈদুনা মাগী ওমথৈ-সীমানী হায়না লেপ্পা য়াবা মফম অমতা লৈতে। অনীশুবদা, মতম্না

থৈবা সীমা। অদুগুম্বা মতমদগী অদুগুম্বা মতম ফাওবা মী অমা হিংলম্মী, করিনো অমা তৌরম্মী—অম্সুম্না এখোয়না হায়নৈ। হায়রিবা মহায়সিনা মীচুগী তৌরুবা থবক্কী মতমগী সীমা অদুগা পুন্সিরম্বগী সীমা লেপ্লে—মসি মতম্না থৈবা সীমা কৌযি। ভগবানগী মরমদি অসিগুম্বা সীমা অমতা লৈতে। মতম্না হৌবদগী ভগবান্ লৈরক্লবনী, লোইবা থম্না-নাইদবা মতম-পূম্বদা মহাক লৈগদৌরিবনী, অদুগা মহাক্কী থবক হায়বদি লীলা খুদিংমক অনাদি কালদগী অতৎ-অথম নাইদবমখৈ লৈবক্রি অমসুং মতম চুপ্পা লৈগনী। অহুমগুবদা চাংদানা ওইবা সীমা, মরাক, মথু, অমদি অরাওবনা পোংকী চাং লেপ্লে, মরাক্কীসু সীমা লৈ, মযুংনচিংবগীসু সীমা লৈ, হায়রিবা সীমাসি চাং ( পরিমাণগী ) সীমানী, ভগবানগীদি অসিগুম্বা সীমা অমতা লৈতে, মহাক্কী শাংবগীসু সীমা লৈতে পাকপগীসু সীমা লৈতে, মায়কৈ-খুদিংদা মাদি অসীম নী ( ওমখৈ-নাইদবনী ), মহাক বিভুনী—পূম্নমকপু কুপ্তুনা লৈবনী। শ্রীভগবানদি সীমা মথল অহুমসিবু লাম্থোক্লিবনী, মহাক ময়াম পূম্বদা শন্লিবনী ( বিভুনী, সর্ব্বগনী ), ওমখৈ নাইদবনী ( অনন্তনী )। করিগুম্বা হীরমদা মহাক্না মাপ্নবা কনামা লৈতে, মওোন্দগী হেনবসু লৈতে, হীরমপূম্বদা মহাক অসমোর্দ্ধ ( মাপ্নবা লৈতনা বাংলবনী )।

ভগবানদি অনাদি কালদগী লোই-থম্বা-নাইদবা মতম পূম্বদা মায়কৈ পূম্বা শন্দুনা লৈরিবনী, মরমতুনা মহাক্না মছাবু লোৎপা হায়বসি ওই-থোক্তবনী। অদুম ওইনমক মহাক মছাবু লোৎকদবগী হোংনৈ। ওইথোক্ত-ববু ওইথোকহনবা ওম্মী মহাক্কী যোগমায়া শীজিন্নতুনা মহাক মছাবু লোৎকে হায়বসু ওম্মী। মওোন্দগী শক্তি-হেনবা নত্রগা মাগা শক্তি-মাপ্নবা অমা লৈরবোইদি মানা লোৎপতু ফাবা ওমগদবনী। অদুবু ভগবান মাগা মাপ্নবা নত্রগা মওোন্দগী শক্তি হেনবা কনাসু লৈতে। অদুগা মাগী স্বরূপকী হায়রগদি মহাক্তি প্রভুনী ( অওম্মী মপুনী )—তৌনীওবদা তৌবা ওম্বনী, মতমপূম্বা মছাবু লোৎপসু ওম্মী। অদুবু ভক্তিগী থনবদা থোক্তবা শক্তি অমা লৈ, মহাক্না লোৎপা ওম্বা মখৈ লোৎলবফাওবদা মাবুদা নীওবা (একান্ত) ভক্তশিংনা মাবু হেক্তা ফাবা ওম্মী—মতমপূম্বদা মাবু উত্থনদা লৈ।

**মূল ৮৮**

অসুর-স্বভাবে কৃষ্ণে কভু নাহি জানে।
লুকাইতে নারে কৃষ্ণ ভক্তজন-স্থানে ॥ ৮৮ ॥

## শব্দার্থ

অসুর স্বভাবে—হিংচাবগী মতৌ তৌবা মীশিংনা, কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণবু, কভু—কদৌউদেসু, নাহি জানে খঙদে লুকাইতে—লোৎপা নাবে—ঙমদে, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, ভক্তজন—ভক্ত ওইবা মীগী, স্থানে—মফমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুর-স্বভাব চেনবা মীশিংনা ( হাযবদি ভক্ত-নত্তবশিংনা ) শ্রীকৃষ্ণবু কদৌউদেসু খঙদে। শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ভক্ত ওইবা মীগী নফমদদি মছাবু লোৎপা ঙমদে।

## তৈনরোল

কনা কনাবু অসুব স্বভাবকী মী কৌবগে হাযবদু মথাগী **দ্বৌভূত সর্গৌ** নচিংবা শ্লোকসি লৌখৎতুনা উৎলী।

## মূল ৮৯

দ্বৌ ভূতসর্গৌ লোকেঽস্মিন দৈব আসুর এব চ।
বিষ্ণুভক্তঃ স্মৃতো দৈব আসুরস্তদ্বিপর্য্যযঃ॥ ৮৯॥

## শব্দার্থ

দ্বৌ—অনী, ভূত—জীব সর্গৌ—শেম্বা ( সৃষ্টি ), লোকে—জগৎ, অস্মিন—অসিদা, দৈব—লাইগী, আসুর—হিংচাবগী, এব—লেপ্পমক, চ—অমসুং, বিষ্ণুভক্তঃ—বিষ্ণুগী ভক্ত, স্মৃতঃ—হাযনৈ, দৈব—লাই, আসুর—হিংচাবা, তৎ-বিপর্য্যয়ঃ—মদুগী ওন্নবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎসিদা সৃষ্টি অনী লৈ মদুদি—দৈব ( সুর-লাইগী ওইবা ) অদুগা আসুর (লাই-নত্তবগী ওইবা)। বিষ্ণুগী ভক্ত ওইবশিংনা দৈবসৃষ্টিনী অদুগা মদুগী ওন্নতৈনবা হায়বদি বিষ্ণুভক্ত-নত্তবশিংনা আসুর সৃষ্টিনী।

## মূল ৯০

আচার্য্য-গে সাক্ষি প্রভুর ভক্ত-অবতার।
কৃষ্ণ-অবতার-হেতু যাঁহার হুঙ্কার॥ ৯০॥

## শব্দার্থ

আচার্য্য-গোসাঞি—শ্রীমৎঅদ্বৈত-আচার্য্য, প্রভুর—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী, ভক্ত-অবতার—ভক্ত ওইবা অবতার, কৃষ্ণ-অবতার-হেতু—শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবিররুবা মরমগীদমক, যাঁহার—মহাক্কী ( অদ্বৈত আচার্য্যগী ), হুঙ্কার—খোল্লাউনা কৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য গোস্বামীদি ভগবাদ্না ভক্ত ওইনা তৌরকপা অবতার-নী। শ্রীকৃষ্ণনা অবতাব তৌবিররুবগীদমক মহাক্না হুঙ্কার তৌবনী।

## নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যসে জীবতত্ত্ব নত্তে, মহাক্তি ঈশ্বরতত্ত্বনী, কারণার্ণবশায়ী পুরুষগী স্বরূপনী। মরমত্নুনা মহাক্সু ভগবৎ স্বরূপ অমনী, ভগবৎস্বরূপসিনা জগৎতা কৃস্নকয়ি হাযবগীদমক মহাক অবতাবনী। অদুবু ঈশ্বব-অবতার ওহরবসু শ্রীঅদ্বৈতনা ঈশ্ববভাব ফোঙদোকপগী মহুত্তা ভক্তভাবতমক উংলী, ভক্তগী মতৌগুম্না চংলী অদুগা মাগী অনুভূতিসু ভক্তগীগুম্নী। মবমসিনা মহাকপু প্রভুগী ভক্ত-অবতারনী হাযবিবনী।

সংসারগী মীশিংনা কৃষ্ণভক্তি তৌদ্রে হাযবা উবদগী মখোযগী মঙ্গল ওইনবগীদমক শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহনগদৌবগীদমক অচেৎপা রাশক লৌয়ি, অদুগা গঙ্গাজলগা—তুলসীগতনা পোৎলম ওইরগা পুক্নীঙ চপ য়ুংনা শ্রীকৃষ্ণবু লাৎচৈ। মহাক্কী প্রেম্না খুদুম চনখিবনা মাগী রাশক ডাকপীগে হাযবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌবিখি। অদুনা অদ্বৈতগী হুঙ্কারনা শ্রীগৌবাঙ্গ ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবগী প্রবর্ত্তক ( থৌইনশিন—ওইবা ) কারণ-নী।

## মুল ৯১

কৃষ্ণ যদি পৃথিবীতে করেন অবতার।
প্রথমে করেন গুরুবর্গের সঞ্চার।। ৯১ ।।

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ, যদি—বদি পৃথিবীতে—পৃথিবীদা, করেন—তৌযি, ( যদি করেন—তৌরবদি ), অবতার—লোংগুম্বা, প্রথমে

—অহান্‌বদা , করেন — তৌয়ি , গুরুবর্গের — গুরুজনশিংগী , সম্ভার — কুমহনবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীদা অবতার তৌরবদি অহান্‌বদা গুরুজনশিংবু অবতার তৌহল্লী।

**মৈনক্লোল**

ভগবান্না প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা কৃমথরকপা মতমদা মহাকপু অবতাব হাযনা কৌযি। ভগবান্না বৃম্লকপগী মওং অনীনী। অমনা মীওইবদোনা মমা মপা য়াওনা মমাগী গর্ভদগী থোরক্লুনা , অসিগুম্বা অবতরণবু সদ্বারক ( থোরক্‌ফম থোঙযাওবা ) কৌযি , মমা মপানা মাগী কৃম্লকপগী থোঙনী। অতোপ্পা মওং অমনা—অদ্বারক ( থোরকফম থোঙযাওদবা ) কৌযি , মমা-মপা যাওদ্রবস্লু মথন্তমক কৃম্লকপা মৎস্য (ঙা), কূর্ম্ম ( থেঙ্গু ), নৃসিংহনচিংবা অবতারশিংসে অদ্বারক ওাক্লী। মীবম্লেন্দা মখোযগী মমা-মপা য়াওরমদে। রাম, কৃষ্ণনচিংবদি সদ্বারক অবতাবনী, মমা-মপা য়াওনা মখোযনা অবতাব তৌয়ি। ভগবান্না নবলীলা ( মীওইবা অম্না ওইনা শান্নবা ) ফোঙদোকপা মতমদা মমা-মপা য়াওনা মীওইবশিংগুম্না জন্মলীলা তৌয়ি। অওইবমক্তি প্রকট-লীলাদা ভগবানগী মমা-মপা ওইবশিংদো মী নত্তে , মখোয়দি ভগবানগী সন্ধিনী শক্তিনী , অনাদিকালদগী মহাক্কী মমা-মপা ওইনা লৈরক্লবনী , অপ্রকট লীলাদা মখোয়না মমা-মপা ওইবদি গর্ভদা পুনর্বগী অদুগা জন্মদান তৌনবগীদমক ওইবা নত্তে। ভগবানগীদি পোকপনচিংবা লৈতে , মহাক্কী মমানী মপানী হায়দুনা অভিমান তৌজবতনী। ভগবান্না লীলা ফোঙবা মতমদা অনাদি সিদ্ধ ওইবা মমা-মপাবু অহান্‌বদা জগৎতা ফোংদোকহল্লী অদুগা মতুঙদা মহাক্না মখোযগী চিন্তদা চঙদুনা পোকপা কৌবা লীলা অদু ফোঙদোকযি। প্রকট লীলাদস্লু মী খাইগী তৌবগুম্না মমা-মপাগী শুক্র-শোণিতনা ( ফম্বীগা ঈগনা ) শারগা পোকপগুম্না ভগবানদি পোক্তে , নবলীলা (মীওইবা ওইনা পোকপশিংগী মতৌগুম্না লীলা) শান্নবগীদমক মমা মপাবু উপলক্ষ্য ওইহল্লগা ভগবান মহামক চোংথোক-পিরকপনী মবমদুনা মমা-মপাগা লোয়ননা অবতার তৌবনী।

**মূল ৯২**

পিতা মাতা-গুরু আদি যত মান্যগণ।
প্রথমে করেন সম্ভার পৃথিবীতে জনম ॥ ৯২ ॥

## শব্দার্থ

পিতা—পা , মাতা—মা , গুরু—দীক্ষাগুরু , আদি—নচিংবা , যত — পূম্নমক , মান্যগণ—ঈকাযখূম্ননভাই-ওইবশিং , প্রথমে—অহ'নবদা , করেন—তৌযি , সভার লোইনমক্কী , পৃথিবীতে—পৃথিবীদা , জনম—পোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপা-মমা দীক্ষাগুরুনচিংবা ঈকায় খূম্ননভাই-ওইবশিং পূম্নমক অহান্-বদা পৃথিবীদা পোকযি।

## মূল ৯৩

মাধব ঈশ্বর-পুরী, শচী জগন্নাথ।

অদ্বৈত-আচার্য্য প্রকট হৈলা সেই সাথ ॥ ৯৩ ॥

## শব্দার্থ

মাধব—মাধবেন্দ্রপুরী , ঈশ্বর—ঈশ্বরপুরী , শচী—শচী মা জগন্নাথ —জগন্নাথমিশ্র , অদ্বৈত-আচার্য্য—অদ্বৈত আচার্য্য , প্রকট—ফোঙবা , হৈলা—ওইখি ; সেই—মতুগা , সাথ—লোযননা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাধবেন্দ্রপুরী, ঈশ্বরপুরী, শ্রীমতী শচী-মাতা অতুগা শ্রীলজগন্নাথ মিশ্রনচিংবগা লোযননা অদ্বৈতাচার্য্যস্থ অবতার তৌখি।

## নৈনরোল

শ্রীপাদ ঈশ্বর পুরী গোস্বামী নর-লীলাদা শ্রীমন মহাপ্রভুগী দীক্ষা-গুরুনী , শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীনা মহাপ্রভুগী পরম গুরুনী, মরমদি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরী শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীগী দীক্ষাগুরুনী। শ্রীমতী শচিদেবী না শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী অপোকপী মমানী অতুগা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা মহাক্কী অপোকপা মপানী।

শ্রীঅদ্বৈতসি মহাবিষ্ণুগী অবতারনী হায়দুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী অংশ অবতারনী, মরমদুনা তশেংবা স্বরূপকী হায়করবদি মহাক মহাপ্রভুগী গুরুশিংদা চন্দে। প্রকট লীলাদদি প্রভুনা মহাকপু গুরুগুম্না মাক্ত তৌযি, মদুগী মবমস্থ

লৈ। শ্রীঅদ্বৈতসি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রগী শিষ্যনী, মরমতুনা মহাক প্রভুগীদি গুরুগী মফমদা লৈরনী।

## মুল ৯৪

প্রকটিয়া দেখে আচার্য্য সকল সংসার।
কৃষ্ণভক্তিগন্ধহীন বিষয়-ব্যবহার॥ ৯৪॥

### শব্দার্থ

প্রকটিয়া—চোৎথোকুনা কোক্তলগা, দেখে—উরম্মী, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা, সকল—পূম্বা, সংসার—সংসারগী মীশিং; কৃষ্ণভক্তি-গন্ধহীন—কৃষ্ণদা ভক্তি লৈবগী মনম যাদবা; বিষয়—ইন্দ্রিযপেম্নবা পোৎ, ব্যবহার—শীজন্নবা, হোৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকট ওইরগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যন সংসার পূম্নমক কৃষ্ণভক্তিগী মনম-ফাওবা যাওবমদবা অতুগা ইন্দ্রিয পেম্নবা থবক্তমক হোৎনরম্বতু উরম্মী।

## মুল ৯৫

কেহো পাপে কেহো পুণ্যে করে বিষয়ভোগ।
ভক্তিগন্ধ নাহি যাতে যায় ভবরোগ॥ ৯৫॥

### শব্দার্থ

কেহো—কমানা, পাপে—ফৎতবা তৌতুনা কেহো—কনানা; পুণ্যে—আফবা তৌতুনা, করে—তৌয়ি, বিষয়—ইন্দ্রিয-পেম্নবা পোৎ, ভোগ—চাবা ভক্তিগন্ধ—ভক্তিগী মনম, নাহি—লৈত্রে, যাতে—মতুনা মরম ওইদুনা, যায়—চৎকনী, ভবরোগ—সংসার কৌবা লাঙৈনাদো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা পাপ তৌতুনা কনামনা পুণ্য তৌতুনা ইন্দ্রিয পেম্নবা পোৎ চায। সংসার কৌবা লাঙৈনাতু কোক্লবা ভক্তি হায়বগী মনম করিমতা লৈতে।

## মৈনবোল

পোকপা, অনায়েক, হনুরকপা অমদি শিবা হায়বা অরাবা মরিসিবু ভবরোগ ( সংসারদা লৈবা মীগী অনাযেক ) কৌয়ি।

## মুল ৯৬

লোকগতি দেখি আচার্য্য করুণ-হৃদয়।
বিচার করেন লোকের কৈছে হিত হয় ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

লোকগতি—মীশিংগী পুকচেল মতা, দেখি—উরগা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, করুণ-হৃদয়—থম্মোই-পেৎপা (ওইনা), বিচার করেন—খল্লকয়ি, লোকের—মীশিংগী, কৈছে করম্না, হিত—য়াইফবা, হয়—ওইগদগে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীশিংগী পুকচেল মতা উরগা শ্রীঅদ্বৈতগী থম্মোই পেৎখি, করম্না জগৎকী য়াইফদগে হায়বদু খনখি।

## মুল ৯৭

আপনি শ্রীকৃষ্ণ যদি করেন অবতার।
আপনে আচরি ভক্তি করেন প্রচার ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

আপনি—মশামক, শ্রীকৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, যদি—বদি, করেন—তৌয়ি, ( যদি করেন—তৌরবদি ), অবতার—নোংগুম্বা, আপনে—মশামক্না, আচরি—চৎতুনা, করেন—তৌয়ি, প্রচার—শন্দোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ মশামক অবতার তৌরবদি মশামক্না ভক্তিগী লম্বী চৎতুনা ( ভক্তিধর্ম্ম ) শন্দোকপা য়াগনী।

## মুল ৯৮

নাম বিনু কলিকালে ধর্ম্ম নাহি আর।
কলি কালে কৈছে হবে কৃষ্ণ-অবতার ॥ ৯৮ ॥

## শব্দার্থ

নাম—শ্রীহরিনাম, বিনু—নত্তনা, কলিকালে—কলিগীমতমদা, ধর্ম্ম—ধর্ম্ম, নাহি—লৈত্রে, আর—অতৈমা, কলিকালে—কলিগী মতমদা, কৈছে—করম্না, হবে—ওইগনী, কৃষ্ণ-অবতার—কৃষ্ণমক কুম্নকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিনাম নত্তনা কলিযুগদা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা লৈত্রে। অদুবু কলি কালসিদা শ্রীকৃষ্ণনা করম্না অবতার তৌরকনী ?

## নৈনরোল

কলি কালগী যুগধর্ম্মদি নামপ্রচাবনী। নামপ্রচারসি যুগাবতারনা তৌবা যারিবনী। অদুম ওইনমক শ্রী অদ্বৈতাচার্য্যনা যুগাবতার তৌহন্নীও-দদুনা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণমক্তা অবত্তাব তৌরকপা পাম্নখী, মসিনা তাকপদি নামগা লোইননা ব্রজপ্রেম ( ব্রজবাসীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা ) প্রচার তৌবদু শ্রীঅদ্বৈতনা পাম্ননী, মরমদি ব্রজপ্রেম নত্তনা জীবনা আত্যন্তিকী স্থিতি (অয়ৌবী পুন্সী মরেন) হায়বদু ফংবা যারোই, অদুগা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা ভগবৎ-স্বরূপ-নসু ব্রজপ্রেম পীবা ঙম্মোই।

ভক্তি-অঙ্গগী থবক পুম্নমক্তী মনুঙদা শ্রীশ্রীনাম কীর্ত্তন না অথোইবনী, অদুনা পয়ারসিদা নাম বিনু—নাম নত্তনা হাযবদি নাম কীর্ত্তন নত্তনা, হায়রিবনী। অতৈ ভক্তি-অঙ্গ তৌবদসু নামগা লোযননা তৌগদবনী। মদুগী প্রমাণদি—'যদ্যন্যা ভক্তিঃ কলৌ কর্ত্তব্যা তদা তৎসংযোগেনৈবেত্যুক্তম। যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তনপ্রায়ৈ যজন্তি হি সুমেধস ইতি শ্রীভাগবত ১/৫/২৩ ॥ নাম-কীর্ত্তন ওাক্তা তোঙাম্না তৌরবফাওবা য়াম্না ফবনী। মদুগী প্রমাণদি—"হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম। কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥"

## মূল ৯৯

শুদ্ধভাবে করিব কৃষ্ণের আরাধন।
নিরন্তর সদৈন্যে করিব নিবেদন ॥ ৯৯ ॥

## শব্দার্থ

শুদ্ধভাবে—মক্তবা পুকচেন্দা, করিব—তৌগনী, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী

আরাধন—লাৎপা , নিরন্তর—অতৎ-অথম নাইদনা , সদৈন্যে—নোঙনা , করিব—তৌগনী , নিবেদন—হঙ্গৎপা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মক্তবা পুকচেন্দা ঐনা শ্রীকৃষ্ণবু লাৎকনী অদুগা অতৎ-অথম নাইদনা নোঙনা হঙ্গচ্ছগনী।

## তাৎপর্য

শুদ্ধভাবে—মক্তবা পুকচেন্দা, হায়বদি ইছাগী মুঙাই-পাম্বনচিংবা থাদোকুনা নুংশিবগা ( প্রেমগা ) তোয়রনা।

## মূল ১০০

আনিয়া কৃষ্ণেরে করোঁ কীর্তন সঞ্চার।

তবে সে 'অদ্বৈত' নাম সফল আমার ॥ ১০০ ॥

## শব্দার্থ

আনিয়া—পুরকুনা , কৃষ্ণেরে—শ্রীকৃষ্ণবু , করোঁ—তৌগনী , কীর্তন সঞ্চার—নাম কীর্তন শন্দোকপা , তবে—অদু ওইরবদি , সে—মসি , অদ্বৈত নাম—অদ্বৈত হায়বা মিং , সফল—মহৈযানবা ( ওইনী ) , আমার —ঐগী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু পুথরকুনা শ্রীনামকীর্তন প্রচার তৌগনী , অদুদদা ঐগী অদ্বৈত হায়বা মিংসে মহৈযানবা ওইগনী।

## তাৎপর্য

অদ্বৈত শব্দগী অর্থদি অদ্বিতীয় (অনীশুদবা) হায়বনী। মহাকা মান্নবা অমা লৈতববু অদ্বৈত কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহন-ওম্বদো অতৈ অমনা ওমদ্রে, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা ওম্মী , মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পুথবকপা ওম্বদা অনী-শুদবনী হায়বদুনা মহাকী মিং অদ্বৈত হায়বসে মহৈ যাল্লনী।

## মূল ১০১

কৃষ্ণ বশ করিবেন কোন্ আরাধনে।

বিচারিতে এক শ্লোক আইল তাঁর মনে ॥ ১০১ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু, বশ করিবেন—য়াহনগনী, কোন্—করম্বা, আরাধনে—ইড়াংনা, বিচারিতে খল্লিঔদা, এক শ্লোক—শ্লোক অমা, আইল—লাক্লে, তাঁর—মহাক্কী, মনে—পুক্নীঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু করম্বা ইডাং-পূজানা য়াহনগদগে হায়না খল্লিঔদা শ্লোক অমা নীঙশীঙলকখি।

### মূল ১০২

তুলসীদলমাত্রেণ জলস্য চুলুকেন বা।

বিক্রীণীতে স্বমাত্মানং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসলঃ॥ ১০২॥

### শব্দার্থ

তুলসীদলমাত্রেণ—তুলসী মনা অমখক্তনা, জলস্য—ঈশীঙগী, চুলুকেন—খূজোক অমনা, বা—নত্রগা, বিক্রীণীতে—য়োম্থোকয়ি, স্বম মছাবু আত্মানম্ আত্মাবু, (স্বম্ আত্মানম—মছামকপু), ভক্তেভ্যঃ—ভক্ত শিংগী মফমদা, ভক্তবৎসলঃ—ভক্তচানবা (কৃষ্ণনা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

" তুলসীমনা অমখক্তংগা লোয়ননা ঈশীঙ খূজোক অমতংগা কৎলবা ভক্তশিংগী মফমদা ভক্ত-চানবা শ্রীকৃষ্ণনা মছাবু য়োম্থোকয়ি।

### মূল ১০৩-১০৪

এই শ্লোকার্থ আচার্য্য করেন বিচারণ।

কৃষ্ণকে তুলসীজল দেয যেই জন॥ ১০৩॥

তার ঋণ শোধিতে কৃষ্ণ করেন চিন্তন—।

জল-তুলসীর সম কিছু ঘরে নাহি ধন॥ ১০৪॥

### শব্দার্থ

এই—মসি, শ্লোক অর্থ—শ্লোককী অর্থ, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতনা, করেন—তৌখি বিচারণ খাখল, কৃষ্ণকে—শ্রীকৃষ্ণদা, তুলসীজল—তুলসীগা ঈশীঙগা, দেয—কৎলী; যেই জন—কনাগুম্বা মীনা, তার—মাগী, ঋণ—লম্মল, শোধিতে—শিংননবা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা করেম

চিন্তন—চিন্তা তৌয়ি, জল-তুলসীর সম—ঈশীঙ অমসুং তুলসীগা মান্নবা, কিছু—করিস্সু, ঘরে—য়ুমদা, নাহি—লৈতে, ধন—লন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোকসিগী অর্থ শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা খল্লী। শ্রীকৃষ্ণদা তুলসীগা ঈশীঙগা কৎপা মীতূগী লম্মল শিংনবা চিন্তা পোৎলুম শ্রীকৃষ্ণনা পুই। অতুনা শ্রীকৃষ্ণ-না খল্লী—"ঐগী য়ুমদা জল তুলসীগা মান্নবা লন করিমত্তা লৈতে।"

মূল ১০৫

তবে আত্মা বেচি করে ঋণের শোধন।
এত ভাবি আচার্য্য করেন আরাধন॥ ১০৫॥

শব্দার্থ

তবে—অতুওইরবদি, আত্মা—মছাবু, বেচি—য়োন্দুনা, করে—তৌয়ি, ঋণের শোধন—লম্মল শিংবা, এত—অসিয়োনা, ভাবিয়া—খন্দুনা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা, করেন—তৌয়ি, আরাধন—ইভাং-পূজা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা মছাবু য়োল্লগা লম্মন শিংঙ্গী। অসুম্না খন্দুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা শ্রীকৃষ্ণবু আরাধনা তৌয়ি।

মূল ১০৬

গঙ্গাজল তুলসীমঞ্জরী অনুক্ষণ।
কৃষ্ণপাদপদ্ম ভাবি করে সমর্পণ॥ ১০৬॥

শব্দার্থ

গঙ্গাজল—গঙ্গা তুরেনগী লাইজ, তুলসীমঞ্জরী—তুলসীগী মযোল, অনুক্ষণ—অতৎ-অথম নাইদবমথৈ, কৃষ্ণপাদপদ্ম—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ থম্বাল, ভাবি—খন্দুনা; করে—তৌয়ি, সমর্পণ—কৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৎ-অথম-নাইদবমথৈ (শ্রীঅদ্বৈতনা) গঙ্গাজলগা তুলসী মঞ্জরীগা কৃষ্ণগী খুয়া থম্বালবু নীঙশীঙতুনা কৎচৈ।

## মৈনরোল

তুলসীগী অমোনবা বীজ মুকুলবু ( মক্ল য়াওবা ময়োলবু ) মঞ্জরী কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণ-পূজাগীদমক মঞ্জরী হেকপা মতমদা মঞ্জরীগী নাকল অনীগী অমোনবা মনা অনীতুগ লোয়ননা হেক্কদবনী। "দুই পাশে দুই পত্র মধ্যে কোমল মঞ্জরী। এই মত অষ্ট মঞ্জরী দিবে শ্রদ্ধা করি।" পযার অসি শ্রীমদ্দাস গোস্বামীগী মফমদা গোবর্দ্ধন-শিলা পূজা তৌবগী মতাংদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা পীখিবা পাওতাক্নী। মফম অতোপ্পা অমদসু তুলসী মঞ্জরী কৎপা ফবগী য়া ফংডী অদুগা তুলসীমঞ্জরীবু শ্রীরাধাগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী হুংশিবী-নী ( প্রিয়ানী ) হায়বসু লৈ। মতুদি—"সাগ্রজং তুলসীপত্রং দ্বিদলং স্ক্রমেব চ। মঞ্জরী সা তু বিখ্যাতা প্রশস্তা কৃষ্ণ-পূজনে॥ যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তথা চ মঞ্জরী হরেঃ। তস্মাদ্দদ্যাৎ প্রযত্নেন চন্দনেন তু মিশ্রিতাম্।"

শ্রীকৃষ্ণ পূজাদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা তুলসী কৎপা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অহবু পূক্নুংদা খল্লুনা—শ্রীকৃষ্ণগী চরণগী নাক্তা লৈজরদুনা সাক্ষাৎ ওইনা চরণদা তুলসী কৎলিবনী—হায়না খল্লগা তুলসী কৎকদবনী। পোৎচৈ অতৈ কৎপদসু মতৌ অসিগুম্না খনগদবনী। মসুম্না খল্লবদি সাক্ষাদভজন-দা চংদবনী হায়না খংনৈ, সাক্ষাদভজনবু পান্থশল্লুনা তৌবা ভজনবু সাসঙ্গ ভজন কৌয়ি, অদুগা সাক্ষাদভজন-দা প্রবৃত্তি লৈত্রবদি অদুগুম্বা ভজনবু অনাসঙ্গ ভজন কৌযি। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—অনাসঙ্গ সাধন লীলীংলক তৌদুনসু হরিভক্তি ফংবা য়াদে। শ্রীজীবগোস্বামীগী মতুং ইম্না, অনাসঙ্গ-শব্দগী মনুংদা য়াওরিবা আসঙ্গ-শব্দগী অর্থদি সাধন-নৈপুণ্য ( সাধন-দা হৈশিংবা ) হায়বনী।

## মূল ১০৭

কৃষ্ণের আহ্বান করে করিয়া হুঙ্কার।
এমতে কৃষ্ণেরে করাইল অবতার॥ ১০৭॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, আহ্বান—কৌবা, করে—তৌযি, করিয়া—তৌদুনা, হুঙ্কার—খোল্ হৌ ংবা, এমতে—মতৌ অসুম্না, কৃষ্ণেরে—শ্রীকৃষ্ণবু, করাইল—তৌহনখি, অবতার—নোংগুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হুঙ্কার তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌয়ি। মতৌঅসুম্না শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহনখি।

## মূল ৯৫

চৈতন্যের অবতারে এই মুখ্য হেতু।
ভক্তের ইচ্ছায় অবতরে ধর্ম্মসেতু ॥ ১০৮ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্যের -শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী , অবতারে—অবতাবদা , এই—মসিনা , মুখ্য—মরু ওইবা হেতু—মরম্মী , ভক্তের—ভক্তগী , ইচ্ছায়—নীঙবনা , অবতরে--অবতার তৌযি ধর্ম্মসেতু—ধর্ম্ম ঙাকশেন্‌বা ( ভগবাম্না )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিনা শ্রীচৈতন্যনা অবতার তৌবগী মরু-ওইবা মরম্মী। ভক্তনা নীঙঙকপদা ধর্ম্ম-ঙাকশেনবা ভগবাম্না অবতাব তৌয়ি।

## নৈনরোল

**ধর্ম্ম-সেতু শব্দদা** যাওরিবা সেতু-শব্দগী অর্থদি "ক্ষেত্রাদেরালিঃ—ক্ষেত্রনচিংবগী আলি ( লৌবুক্চিংবগী লৌরী ) হায়বনী ( শব্দকল্পদ্রুম )। লৌবুক্কী অকোযবদা লৌবী-পল নৈবনা লৌবুক্কী লৈহাওগী শক্তিহুবু ঙাক্‌যি, মরমদুনা আলিনা ( লৌবীনা ) লৌবুক ঙাকপা ( ক্ষেত্র-রক্ষক ) হায়বক ওইরে। মতৌ অসুম্না সেতুগী অর্থদি ঙাকশেনবসু ( রক্ষকসু ) ওই। ধর্ম্ম-সেতু গী অর্থদি ধর্ম্ম-ঙাকপা ( ধর্ম্মরক্ষক ) হায়বনী। লৌবুক্কী মপাল্লম-দগী চেনশিল্লকদবা ঈশীঙবু লৌরীনা থিঙহনা লৌবুক্কী মহৈমরোংবু ঙাকশেল্লী অমসুং লৌবুক্কুদা নৈবা ঈশীঙবু চেন্থোকখিগদবদগী থিঙলগা মহৈ পান্‌বা হেঙ্গৎনবা তৌযি, মতৌ অদুগুম্না শাস্ত্রনা য়াদবা আচবণশিংবু চঙঙক্কদবদগী ঙাকথোক্তুনা অদুগা শাস্ত্রনা যাবা আচরণশিংবু জীবশিংগী মবক্তা লিংহনা থম্লিবা মী অদু ধর্ম্মসেতুনী হায়বদি ধর্ম্ম ঙাকশেনবনী। ধর্ম্ম সেতু শ্রীভগবান্না ভক্তগী অনীঙববু উপলক্ষ্য ওইহল্লগা ধর্ম্ম রক্ষা তৌনবগিদমক জগত্তা কুম্‌থিরকখি।

মতাঙসিদা খন্নগদবা রাখল অমা লৈবে। শ্রীবাধায়াঃ প্রণয়-মহিমা-নচিংবা শ্লোক অমসুং আদিলীলাগী মরিশুবা পরিচ্ছেদ-দগী খঙবদি—শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবগী মচাঙ (প্রেমগী মহিমা) করম তৌযি, শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী মাধুর্য্যতুনা কম্‌দৌবা অদুগা মাধুর্য্যসিগী মহাও তংন্দা শ্রীরাধিকানা ফংখিবা নুংঙাইবদুনা কমদৌবা – মরু ওংনা বিষয় অদুমসী

থঙনীঙবনা পান্দম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা অবতাব তৌখিব-নী', অদু ওইরবদি থাঙ্গা অহুমগী থুংহন্নীঙবতুদনা মাগী অবতারগী মরু ওইবা পান্দমী , অদুবু মৈনরিবা পয়ারসিদনা হায়রে - অদ্বৈতগী অনীঙব-না শ্রীচৈতন্যনা অবতার তৌবগী মরু-ওইবা হেতুনী । ৱাফম অনীমক চুম-হন্নবা সমাধান-দি অদুম্না ওইবা তাবে মহু কবিরাজ গোস্বামীগী লোন্দাদা ঐখোয়না থঙখদি "রাধিকার ভাব কান্তি অঙ্গীকার বিনে । সেই তিন সুখ কভু নহে আস্বাদনে ॥ রাধাভাব অঙ্গীকরি ধরি তার বর্ণ । তিন সুখ আস্বাদিতে হয় অবতীর্ণ ॥ সর্ব্বভাবে কৈল কৃষ্ণ এই ত নিশ্চয় । হেন কালে আইল যুগাবতার সময় ॥ সেই কালে শ্রীঅদ্বৈত করে আরাধন । তাঁহার হুঙ্কারে কৈল কৃষ্ণ আকর্ষণ ॥ ১ ৪২/২৬৭-২৭০॥"—তিন সুখ (নুংঙাইবা অহুম্) মহাও তংবদা পান্দম ( উদ্দেশ্য ) ওইবগা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌগে হায়না চপ-লেপ্লবা মতমদা শ্রীঅদ্বৈতনা মহাক্কী ইচ্ছা ফোঙদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু আরাধনা তৌখিন্নী , শ্রীকৃষ্ণসু অদ্বৈতগী ইচ্ছাবু উপলক্ষ্য ( তপ ছনবা পান্দম ) ওইহন্লগা অবতাব তৌবনী । মসিদগী থঙবা যাবদি— শ্রীঅদ্বৈতনা আরাধনা তৌ ব্রগী মমাঙ আদা, অবতার তৌরগে হায়না শ্রীকৃষ্ণনা বারেপথ্রবনী— পান্দম ওইবিবনা মহামক্কী থাঙ্গা অহুম থুংবা অসিনী । অবতার তৌবগী মরু-ওইবা পান্দমসিনা অবতাবগী মরু ওইবা মরম ( মুখ্য হেতু ) ওইবা তারি । মবম্মসিনা পান্দমগী ( উদ্দেশ্যগী ) মায়ক্কৈরোমদা য়েংলুরগদি অদ্বৈতগী অনীঙববু অবতারগী মরু ওইবা মরমী হায়বা যাদরে । অবতার তৌবগে হায়নদমক শ্রীকৃষ্ণনা বা লেপ্লখ্রদনী , অদুবু করম্বা মতমদা অবতীর্ণ ওইগনী হায়বদুদি লেপ্লমদে । মতমদু অদ্বৈতগী ইচ্ছাদুনা লেপ্লম্লে । মরমদুনা অদ্বৈতগী ইচ্ছানা অবতাবগী মতম লেপ্লগী মুখ্য-হেতু-নী—অদৈ মরমগীদি নত্তে , অদুনা মাগী ইচ্ছ সে শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌবগী মতম-লেপ্পা নত্ত্রগা থোকহনবা ওইবিবা হেতুদুনী ।

ধর্ম্মসেতু শ্রীভগবান্না ভক্তগী ইচ্ছা থুংহল্লী হায়বসিগী প্রমাণ ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতমগী শ্লোক অমা কবিরাজ গোস্বামীনা মথাদা হাপ্লী ।

## মূল ১০৯

ত্বং ভক্তিযোগপরিভাবিত হৃৎসরোজ-<br>আসসে শ্রুতেক্ষিতপথো ননু নাথ পুংসাম্ ।<br>যদ্যদ্ধিয়া ত উরুগায় বিভাবয়ন্তি<br>তত্তদ্বপুঃ প্রণয়সে সদনুগ্রহায় ॥ ১০৯ ॥

## শব্দার্থ

**ত্বম**—নহাক ; **ভক্তি-যোগ**—ভক্তিযোগনা , **পরিভাবিত**—পাথোক্লা থল্লবা , **হৃৎ**—থম্মোইগী , **সরোজে**—থম্বান্দা **আসসে**—লৈ , **শ্রুতি**—বেদ অমসুং বেদ-তুংইন্‌বা শাস্ত্র-শ্রবণা , **ঈক্ষিত**—উবা , **পথঃ**—লম্বী , **নমু**—লেপ্পমক , **নাথ**—হে প্রভু , **পুংসাম**—মীশিংগী , **যৎ যৎ**—অমা অমা **ধিয়া**—পুক্নীঙনা, বুদ্ধিনা , **তে**—মখোয় , **উরুগায়**—হে উরুগায় ( য়াম্না শক শোন্নবা ) , **বিভাবয়ন্তি**—থজে , **তৎ তৎ**—মতু মতু , **বপুঃ**—হকচাঙ , **প্রণয়সে**—( নঙনা ) ফোঙদোকয়ি , **সৎ**—সাধুভক্তশিংগী মফমদা , **অনুগ্রহায়**—চান্‌বিবগীদমক ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইবুংঙো, বেদনচিংবা শ্রাস্ত্র শ্রবণ-তৌরগা নহাকপু ফংনবা উপায় উনরিবা, অদুগুম্বা নহাক্না ভক্তিযোগগী মপান্না মীশিংগী মতৌক চাজরবা থম্মোই থম্বান্দা লৈতানা লৈ। হে উরুগায (য়াম্না শক-শোন্নবা , অদুগুম্বা ভক্তশিংনা মখোয়গী বুদ্ধিনা থোকচবা শক্তম শক্তম খল্লিবদো, মখোয়গী মফমদা চানবিবা উৎননবগীদমক নহাক্না ছক্তম ছক্তম অদু লৌরগা থোকপীরকয়ি ।

### নৈনরোল

**শ্রুত-তন্ত্বীক্ষিত-পথ**—শ্রুত (নাকোঙনা তাবা) হায়বদি বেদ অমসুং বেদ-ভুংইন্‌বা শাস্ত্র শ্রবণ তৌরগা উরকপা লম্বীতু ( ফংননবা উপায়দো ) মাগী ওইবা হায়বনী। মসি ত্বম্ শব্দগী হ'যবদি শ্রীভগবান্‌গী বিশেষণ নী। বেদনচিংবা শাস্ত্রদা ভগবানবু ফংননবা সাধনগী ৱা ইরি , বেদনচিংবা শাস্ত্র শ্রবণ তৌরগা ভগবান্‌বু ফংননবগী সাধন-উপায অদু লেপ কদবনী। শাস্ত্রদা সাধনগী লম্বী মখল মখা লৈ, মখল পুম্নমক মী অমনা চৎকদবা নত্তে। করম্বা মওংদা ভগবান্‌বু ফংনীঙবগে হাযবদুগী মতূঙইন্না মতে ওইগদবা সাধনগী লম্বীতু খন্দূনা লৌগদবনী। হায়রিবসিনা তাকপদি করি হায়বগে হায়ববু শাস্ত্রনা য়াদবা লম্নাইনা পুথোকপা সাধন নদি ভগবান্‌বু ফংবা ওইথোক্রোই হায়বনী। শাস্ত্রগী ৱাংমদা লৈবা লম্নাই পুক্নীঙনা খন্‌বা সাধনদি শাস্ত্রকারশিংনা উৎপাত মখল অমনী হায়নৈ।

**ভক্তিযোগ-পরিভাবিত-হৃৎসরোজ**—থম্মোইগী মছক ওইবা থম্বান্দো ভক্তিযোগনা পাথোক্লা থল্লবা , পরিভাবিত ওইরবা ) হাঁযবনী। সাধনভক্তি অস্নুম অম্নুম তৌরকপনা অনর্থ-নিবৃত্তি ( পবমার্থ-নত্তবা পুম্বা

তোক্পা ), নিষ্ঠা ( থরাই হক্চন্বা ), রুচি ( মহাও খঙলড়ুনা পামছন্বা ), আসক্তি ( লোয়নহুনদা লৈবা ), রতি ( হুংঙাইবনা উঙলবা ) হায়বনচিংবা থাক্তা কাখৎলবা মতুঙদা সাধক অহুগী চিত্তহু পরিভাবিত হয় হায়বদি শুদ্ধসত্ব ওইবা ভাব অড়ুনা লংত্রিক লংনা ঙানবদৌনা ঙাল্লগা শুদ্ধ-সত্বগী মছক ওইবা ভগবান্না ভক্তড়ুগী চিত্তদা থোরকপা যানবা চিত্তড়ুনা মতীক চারবা মতমড়ুদা মহুগুম্না থম্মোই-থম্বান্দা শ্রীভগবান্ লেঙশিন্দুনা শক-উৎলী। হৃৎসরোজ শব্দগী ধ্বনিদি ভক্তিযোগ তৌবনা সাধক অড়ুগী থম্মোইহু সরোজগী (থম্বানগী) মতৌগুম্না মক্তবা অমসুং পবিত্র (অশেংবা) ওইরকপা ( হায়বদি চিত্তদগী অনর্থ পূম্নমক মাঙথবা ) মতমদা ভগবান্না চিত্তড়ুদা থোরকয়ি। চিত্তগী অড়ুগুম্বা ফীভম্ মতাদা চিত্তড়ুদা ভগবানগী আবির্ভাব (থোবকপা) ওইববদি, ভগবান্না অমুক থম্মোইহুবু থাদোক্তরে, মতমপূম্বদা থম্মোইড়ুদা লেঙদনা লৈরে।

খিন্না—বুদ্ধিনা হায়বনী। শাস্ত্রদা ভগবান্গী রূপ ( শক্তম ) মখল কয়ামূক লৈ হায়রি। রূপ পূম্নমক্কী মনুঙদা ভক্তশিংনা মাগী মাগী বুদ্ধিনা পামজবনী হায়না খন্দোকচবা রূপ অড়ুদবু চিন্তা তৌজৈ। অড়ুগা, ভগবান্না ভক্তবু কয়ামূক হুংশিবিবগে হায়ববু ভক্তশিংনা মহৈ মহৈ পামজবা ভগবান্গী রূপ অড়ু ভক্ত ভক্তগী মফমদা উৎপিরৈ। মসিনা তাকপবু ভগবানদি ভক্তগী মখা পোল্লী হায়বড়ু তাকয়ি। ভগবানদি মনীঙতম্বা ঈশ্বর ওইরবসু ভক্তগী মখা পোল্লী, ভক্তবাৎসল্য হায়বদি ভক্তদা অচানবা উৎনবগীদমক মাগী হৌনশা খোঁরাংবড়ুনা ভক্তগী মখা পোনবগী মবম্নী।

ভক্তবৎসল (ভক্তবু চানবা) ওইব। মরম্না ভক্তনা পামজবা রূপ উৎলী হায়ড়ুনা শ্রীঅদ্বৈতনা আরাধনা তৌবদা মাগী ইচ্ছা মতুঙ ইন্না ভগবান্না জগত্তা অবতার তৌথি হায়বসে প্রমাণ তৌনবগীদমক্ নৈনরিবা শ্লোক অসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌখৎলুনা হাপ্লিবনী। শ্লোকসি শ্রীভগবানগী মফমদা ব্রহ্মানা হায়খিবা ব্রানী। ( ৩/৯/১১ ॥ )

## মূল ১১০

এই শ্লোকের অর্থ কহি সংক্ষেপের সার।
ভক্তের ইচ্ছায় কৃষ্ণের সর্ব্ব অবতার ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

এই শ্লোকের—শ্লোক অসিগী, অর্থ কহি—অর্থ হায়গে, সংক্ষেপের—অশংবগী, সার—মচি, ভক্তের—ভক্তগী, ইচ্ছায়—নীঙলকপনা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, সর্ব্ব—অপূম্বা, অবতার—নোংগুম্বা ( ওই )।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণগী অবতার পূর্ণমক ভক্তগী ইচ্ছানা ওইবনী হায়রবসিনা শ্লোক সিগী অশয়বা। রা মচিনী।

**মূল ১১১**

চতুর্থ শ্লোকের অর্থ হৈল সুনিশ্চিতে।
অবতীর্ণ হৈলা গৌর প্রেম প্রকাশিতে॥ ১১১॥

**শব্দার্থ**

চতুর্থ—মরিশুবা, শ্লোকের—শ্লোককী, অর্থ—অর্থ, হৈল—ওইরে, সুনিশ্চিতে—নীঙথিনা লেপ্পা (ওইরে), অবতীর্ণ হৈলা—নোংংথরক্লে গৌর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, প্রেম—(ভগবানবু) নুংশিবা, প্রকাশিতে—ফোঙদোক্লবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মরিশুবা শ্লোককী অর্থ নীঙথিনা লেপ্লে। শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা ভগবানবু নুংশিবা হায়বদু উৎননবগী দমক অবতার তৌবিরবে।

**নৈনরোল**

**অনর্পিতচরীং চিরাৎ** হায়বা মরিশুবা শ্লোক অদুগী রানী অহুম শুবা পরিচ্ছেদসিদা হায়রিবসে।

**মূল ১১২**

শ্রীরূপ রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্য চরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ১১২॥

**শব্দার্থ**

শ্রীরূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী, রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথ গোস্বামী, পদে—খোঙদা, যার—মাগী, আশ—আশা (থমজে), চৈতন্য চরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যগী চরিতনা ওইবা অমৃত, কহে—হায়জে, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামী অনীগী খোঙ-থম্বানবু আশা তৌজরিবা মহাক কবিরাজ শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু হায়জে।



ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি লীলায়াম্ শীর্বাদমঙ্গলাচরণে চৈতন্যাবতার-সামান্য-কারণং নাম তৃতীয় পরিচ্ছেদঃ॥ ৩॥

# শীতলজিৎকী লাইৰীকশিং

**উপন্যাস** ইমা, ৰোহিণী মুংশিবাথৈবা থাদোকপা

**ৱাৰী মচা**—লৈকোম্নুংদা, লৈম্নুংশি।

**শৈৰেং**—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলাংবা, শকুন্তলা,

শৈরাংবা ( ১বা শরুক )।

**অতৈ অতৈ—**

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদগীতা ( মেতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈলোনগী অনুবাদকা কোন্নবা )

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন-শৈখন

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary

৬। Friends' Pocket Dictionary ( English to Manipuri )

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহানবা।

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অনিশুবা।

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহুমশুবা।